

# " ঐ মমানি "

( ড্রামা )

অইবাঃ

খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রো

# " ঐ মমানি "

( ড্রামা )

অইবা ঃ

খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রো

ইকাইখুম্নজরবা/ ইকাইখুম্নজরবী

. . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . .

ঐগী " **ঐ মমানি** " হায়বা ড্রামাগী লাইরিক অসি খুদোল তমজরি।।
পাবীরগা অফ-ফত্ত তাকপিরক্লবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি।

অইবা

ꠡ খুন্দোংবম ইতোচা,

লাইরৈবাক তানখ্রবা নুংশিজরবা পন্থৌগী মফমদা

তমজরি

নচাগী মঙাশুবা খুদোল

" ঐ মমানি "

**ফোংজবী ঃ**
**খুন্দোংবম ওংবী লৈনা** (রাইনা),
ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল,
ইম্ফাল।

কোপী মশীঙ ঃ ১০০০


মমল লুপা ৩০/-
ফোংবা চহি ঃ ওক্তোবর ১৯৯৭ ইং

কনাগুম্বনা শান্নবীনিংলবসু শান্নবীদ্রিঙৈগী মমাংদা অইবদগী অয়াবা লৌবীয়ু।

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টরস, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল, মণিপুর।

# ৱাহৈ খর

খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রো মণিপুরী দ্রামা লাইরিক কয়া পুথোকখ্রবা অইবনি। মহাক্কী অয়াম্বা দ্রামা লাইরিকশিং অসি মণিপুরগী মরু ওইবা থিয়েটর-হাউস অমা ওইরিবা রূপমহল থিয়েটরনা স্টেজদা মায় পাক্লা উৎখিবনা অয়াম্বনি। '**ঐ মমানি**' হায়বা দ্রামা লাইরিক অসিসু রূপমহল থিয়েটরনা ১০০ রক হেন্না মণিপুরগী ভাবোক্তা উৎখ্রবা অমদি মণিপুরী ভাবোক্লা থোইদোক্লা পাম্না য়েংখ্রবা লীলানি।

মণিপুরী সমাজদা ফজনা লৌনবা, চেৎনা কোন্দুনা থম্নবা অৱাঙবা ভেল্যুজ কয়া লৈ। ভেল্যুজশিং অসিগী মনুংদা 'মমা' হায়বা অসি খ্বায়দগী মরুওইবা অমদি খ্বায়দগী ৱাঙবা 'কনসেপ্ট' অমনি। অদুগা মশিগা 'কো-রিলেট' ওইনা মীওইবগী মরিদা খ্বায়দগী নকুবশি মমাগা মচাগগী মরিনি। মমানা মচাবু নুংশিবা অদুগা মচানা মমাবু নুংশিজবা অসি মচানা কয়া হোৎনদুনসু মমাগী '**খোমলাং লম্মন শিংঙমদে**' হায়না শৈথানৈ। 'কনসেপ্ট' অসিদা শাগৎপনি ব্রোজেন্দ্রোগী দ্রামা '**ঐ মমানি**' ।

অপুনবা ইমুং মনুং (জোইন্ট ফেমিলি), চান্না চিন্ননা লৈবা, অহল-নহা, থক-খা খঙনা থকশি-খাশি ঙাক্লা চৎপা, মমা-মপানা মচাশিংবু নাওকোনবা, মচাশিংনা অমুক মমা-মপাবু শেবা তৌবা অদুগা মমা-মপা লৈজদবা ইমুংদনা ময়াম্বা অহলনা মনাওশিংবু, মচলশিংবু মী ওইনবা শেম্বা, ময়াম্বগী নুপী মতৈমনা মমাশক্লা মনাও নুপাশিং অমদি মচল-নুপীশিংবু নাওকোনবগী মওং অসি মণিপুরীশিংগী সাইকিদা লৈবা অমদি পামজবা ইমুংগী মওং অমনি। মচাশিং, মনাওশিংনা অমুক মী ওইরক্লবা মতমদা মমা-মপা, ময়াম্বা মতৈমবু ব্যাভার তৌনা লুনা চান্না শেবা তৌবা অসি আইদিয়েল ওইবা জোইন্ট-ফেমিলি অমগী মশকনি।

অসুম ওইবা পামজবগী মওং অমদি অপুনবা ইমুং-মনুংগী মশক অসি মোদর্ন মণিপুরগী সমাজ অসিদদি কায়থরকলে। সমাজ অসিদা হোংলক-লিবা সোসিয়ো-কলচরেল অমদি ইকনমিক কনদিসন কয়ানা মমাঙঙৈদা

চৎনরম্বা জোইন্ট ফেমিলি সিসটেম থুগাইরক্লুনা ন্যুক্লিয়ার ফেমিলিগী চৎনবী অসি হৌরকখিবা কুইখ্রে অমদি সমাজ অসিগী মীওইশিংনা মশা-মশাগী মরন্নাইগী পুন্সি মিৎয়েং অমা শাগৎলকলে-ইন্দিভিদুয়েলিস্টিক এটিট্যুদ টুৱার্দস লাইফ মরা তানা লৈখ্রে।

অসুন্না ঙসিগী মণিপুরী ইমুং অমদা হান্না থাজনরম্বা ভেল্যুজ অসিগী ওন্নতৈনবা ৱাখল মিৎয়েং চেনবা অনৌবা মৌ অমা লাকপদা ইমুং অদুগী হান্না থাজদুনা লৈজবা মওং অদুদগী ওন্ন-তৈননা থোকপনা ইমুংদা অচৌবা প্রোব্লেম ওইরকলে। ইমুং-মনুংগী অচৌবা 'ক্রাইসিস' ওইরে। মসিনি ব্রোজেন্দ্রোনা মহাক্কী দ্রামা 'ঐ মমানি' হায়বশিদা উৎনবা হোৎনরিবা অসি। ৱাফম অসিমক্না ঐখোয়গী ভাবোকশিংগী পুন্সিদা য়েবনা ভাবোকশিংনা ব্রোজেন্দ্রোগী দ্রামা অসিবু তরাম্না ওকই। মসিদা মহাক্কী দ্রামাগী প্লোটতা মশানা থোকচরকপা সিটুয়েশনেল হ্যুমরনা দ্রামা অসিবু থৌগৎলি, নুংঙাইহল্লি। ট্রেজিক সিটুয়েসন অমদা কেরেক্তরশিংনা মশা-মশাগী অশেংবা ফিরেপতা থেংগাইনবদা নুংঙাইবা নোকনিংবা মওং ওইহল্লি। মশিনি ব্রোজেন্দ্রোনা য়াম্না হৈননা খুৎ-থারিবসু।

ইবোহল অমদি মাগী নুপী আশানা মনাওশিংবু শেম্নবা হোৎনজবা, আশানা মনাওশিংবু মচাগুম্না নুংশিবা ঙম্নবা মশামক্কী অঙাংপোকহন-খিদবা, মতৈমা অমগী খমথেংনা থাদোকপগী শক্তমনি। মনাও নুপাগী শেন থানবা হোৎনবদা ইবোহলনা মহাক্কী স্কুলগীশেন শিজিন্ন-রুবদগী থবক তোকহনল্লকখিবা অচৌবা ট্রেজেদী অমনি। লতা অনৌবা মতমগী ইন্দিভিদুয়েলিস্টক ওইবা মিৎয়েংগী শিম্বলনি। মহাক্কী শংসারদি 'নিউ এফ্লুয়েন্স' হায়বা অসিনি। ইমুংগী চৎন-লোনচৎতগী ফৈদোক্না চৎখ্রবা মনাওনুপা ইবোয়াইমা 'নিউ এফ্লুয়েন্সকী' সিম্বলনি। লতাগী থৌশিলদগী ইবোহলগী ইমুংগী অচৌবা ট্রেজিক সিটুয়েসন অসি য়ৌখি। অদুবু মমৈদা মৈতৈশিংগী থম্মোয়দা মকালাম্না লৈবা ঙাকপিবগী গুন্না ফৈদোক্লুনা চৎলুরবা মনাও অমদি মনাওনুপীবু ঙাকপীদুনা হান্নগী অমত্তা ওইবা নুং-শিবগী লিক্লমদা হজিল্লকখি। মনাওশিংগীদমক মশাগী ওইজবা পুম্বা কৎথোকলবা মতৈমা আশানা ওইখি পুম্নমক্কী মমা-ঐ মমানি।

ব্রোজেন্দ্রোগী দ্রামা অয়াম্বা মৈতৈ ইমুং অমদা ঙসিগী সোসিয়েল

অমদি ইকনমিক কন্দিসন্না থোকহনবা অৱা-নুংঙাইগী শক্তম অসি উৎলি। অদুবু থোইদোক্না ব্রোজেন্দ্রোদা য়াম্না কন্না য়ৈরিবদি মৈতৈগী ট্রেদিসন্দা লৈজবা ফজবা ভেল্যুজশিং অসিনি।

ঙসিগী সমাজ অসিগী চয়েৎনবা পুন্সি-শক্তম অসিদা মৈতৈগী ফজবা ভেল্যুজশিংবু থোইদোক্না মশক থোক্না উৎনবা হোৎনরিবা ব্রোজেন্দ্রোগী 'ঐ মমানি' থোইদোক্না শিংথানিংঙাই ওইরবা দ্রামা লাইরিক অমনি। লম অসিদা ব্রোজেন্দ্রো মায় পাক্লবা অইবনি।

হৌজিক-হৌজিকমক ব্রোজেন্দ্রোনা মণিপুরী থিয়েটরগা শাগোন্ননা চৎতুনা মণিপুরী দ্রামাদা তৌরকলিবা দান অসিগীদমক ব্রোজেন্দ্রোবু ঐখোয়না থাগৎফম থোকই।

ইম্ফাল,
তাং ১৮/৮/৯৭ ইং

অরাম্বম সমরেন্দ্র
শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল।

# ডাইরেক্তরগী ৱারোল

"ঐ মমানি" খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী ঐনা ডাইরেকসন পিখিবা প্লেশিংগী মনুংদা অনিশুবনি। ঙসিদগী চহি ১৫ রোমগী মমাংদা হায়বদি ইং ১৯৮২ দা পুথোকখিবা ১সুং মতম অদুগী শাফু লৈরবা রূপমহল প্লেশিংগী মনুংদা অমনি।

প্লে অসিদা মমা শাবী মতৈমা অমগী চরিত্র অমা ফিদম ওইবা মওংদা অইবনা শাগৎতুনা পুথোকই। মচিন মনাও মরিগী অতোনবা পিক্লিঙৈদা মমা-মপা কায়নখ্রবা অমগী পু-পাং শুদবগী অৱাৎপা পুন্নমক মেনখৎতুনা মতৈমা অহলনা মমা শক্না নাওকোল্লকই। অদুগুম্বা মতৈমা অদো মনাও নুপা অদুগী মফমদদি মতৈমা নত্তে মমানি, নুংশিবগী তুংনফমনি, শান্তিগী লাইরেম্বীনি। তশেংনমক ব্রোজেন্দ্রোগী প্লে অসে ইমুং মনুংগী ওইবা ৱারিদা য়াম্না ফিদমনিংঙাইনি হায়বসি হায়দবা ঙমলোই।

ডাইরেকটোরিয়েল ট্রিটমেন্টকী মওংদা খরদং শমলপনা পনবা তারবদি হিউমর অমসুং পেথোজ তংখাই তংখাইনি। অহানবা তংখাইগী ডাইলোগ অমসুং সিচুয়েশন খুদিংমক্তা হিউমর চেলহন্দুনা 'লাইট' ওইনা শাগৎলক্তুনা অনিশুবা তংখাইদা মদুগী ওন্নবদা 'সিরিয়স' ওইনা লোয়শিনবা। শন্না হায়রবদা 'ঐ মমানি' প্লে অসি নোকপগী তংখাই কপ্পা তংখাই অনিগী ঈচেলদা শাগৎতুনা অনিগী অপুনবা মহাও অমা পীনবা হোৎনবনি।

শ্রী চান্দম গোপাল সিংহ

তাং ৭/৯/৯৭ ইং

# অইবগী ৱারোল

তাইবঙ পানবসিদা নুপীগী মফম য়াম্না চাওনা কন্দুনা লৈ। তাইবঙপানব হায়বমা লৈরিবসি নুপীননি। নুপীগী থৌদাংসু চাওই। নুপীনা লৈবাক ইরাং থোকহল্লি, নুপীগীদমক্তনি লৈবাক কয়া কায়খ্রিবা। অফবা নুপী কয়া অমা তাইবঙপানবসিদগী চৎখ্রে, অফবা কয়া অমা লৈরি, অফবা কয়া অমসু লাকখিগনি। অদুবু লাইবক থীবদি অফবা নুপীগী মশীঙদগী ফত্তবা নুপীগী মশীঙনা হেন্না লৈবগুম উরিবা ঐখোয়গী মৈতৈগী খুন্নাইসিদা থোকহন্নিং-দবা থৌদোক কয়া ঙায়হাক লৈতনা থোক্লিব-শিংসি নুপীশিংনা থোকহনবগুম উরি। লুনা চান্না তিন্নজরম্বা মচিন-মনাও কয়া, মৌ কয়া লাকপদগী মচেৎ থোক্লা কায়খিবা ইমুং কয়া ঐখোয়না থেংনরি। মৌ মশীঙ য়াম্বা ইমুংদা ঙায়হাক লৈতনা খৎনবা, মচিন মনাও ফাওবা কৌনদবা, তোঙান চানিংবগী ৱাহৌদগী ইমুং মহি লাঙবা পুম্নমকসিগী হৌরকফমসু নুপীননি।

অদুবু নুপীদি নুংশিবগী হৌরকফমনি, থৌজালগী তুংনফমনি, ঙাকপিহৈবীনি, অখাঙকনবীনি, থৌনাগী পঙথৈসু লৈতে হায়নৈ। অদুগীসু মথক্তা নুপীদি মমানি। মমানা মচাগীদমক তৌবা ঙল্লোইদবা করিদি লৈরি? কৈগী মখয়াৎ মনুঙদা চংঙু হায়রবসু মচাশিংগীদমক্তদি চঙগে হায়দুনা চোংথোরক্কদবা মমাগী মশীঙসু ৱাত্তনা লৈরমগনি। মচাশিংগীদমক্তদি থরাইনা পোন্থা পীবা ঙম্লগা লৈমিন্নরিবা মীওইশিংগীদমক মশাগী ওইজবা খজিক্তং থাদোকপদি য়াম্না লুবা থবক অমদি নত্তে।

মসিগী মিৎয়েংসিদা য়ুমফম ওইরগা ইজখিবা থৱাই য়াওদ্রবা চরিত্র কয়াগী ড্রামা 'ঐ মমানি', রূপমহল থিয়েটরনা লৌখৎপীদুনা থৱাই হাপ্পীরগা থিয়েটর অসিমক্কি কলাকার কয়ানা থিয়েটর অসিমক্কি ফম্বাকথক্তা মশীঙ খঙদনা শান্নবীখিবা, 'রূপমহল থিয়েটর' অসিগী লমলদি অইবনা পুন্সি সিমগী শিংবা ঙমদনা তোনশিঞ্জরবনি। ড্রামা অসিবু লমজীঙ লমতাকপিখিবা নুংশিজরবা ইয়াম্বা শ্রী চান্দম গোপাল সিংহগী মফমদসু

অইবনা তৌবীমল খণ্ডবা উৎচরি। ড্রামা অসিগী মরমদা ৱাহৌদোক ওইনা ৱাহৈ খরা ফোংদোকপীনবা হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবীদুনা ইয়াম্বগী চিল্লবা মতম কায়থোকপিদুনা ইবিরকখিবা নুংশিজরবা ঐগী ইয়াম্বা ড্রামাগী লমদা শক্লাইরবা সাহিত্য একাদমী অৱার্দি অরাম্বাম সমরেন্দ্র সিংহবুসু অইবনা তৌবীমল খণ্ডবা উৎচরি।

ঐগী ড্রামাগী লাইরিক অসিবু নম্বগী থৌদাং পুম্বা লৌবীখিবা লময়ানবা প্রিন্টরস, কোনুঙ লম্পাক, ইম্ফালগী ইনাও শ্রী মাইবম রাজেন-গী লমলদি অইবনা পুন্সি সিমগী শিংবা ঙমদনা তোনশিল্লগনি। লাইরিক অসি ওইননবা হোৎনবদা এসঃ টিঃ প্রিন্টর, গভরণর রোড কী ইনাও শ্রী রাঃকুঃ ভৈগ্যা সিংহনা (ডি.টি.পী) থৌদাং লৌবীখিববু তৌবীমল খণ্ডবা উৎচরি।

ইয়াম্বগী অচিনবা মতম কায়থোকপিদুনা লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপিখিবা শ্রী খাইদেম নিমাই সিংহ, রূপমহল থিয়েটর, ইম্ফালবু অইবনা তৌবীমল খণ্ডবা উৎচরি।

অরোইবদা ড্রামা অসিবু পাবীরগা অফ ফত্ত খন্থবীগদৌরিবা ইরৈবাকচা-শিংগী মফমদসু অইবনা তৌবীমল খণ্ডবা উৎচবগা লোয়ননা কোক নোঞ্জরি।

**ব্রোজেন্দ্রো**

# রূপমহল থিয়েটরনা অহানবা পুথোকপিখিবা

ফেব্রুৱারি তাং ৬ শক ১৯৮২ ইং
শক্তম লাংবিখিবা রূপমহলগী কালাকারশিং

*নুপা*

| | | |
|---|---|---|
| ইবোহল | ঃ | ইমোবী |
| ইবোয়াইমা | ঃ | শান্তিকিশ্বর |
| ইবোতোম্বী | ঃ | কেনকুমার / অচৌবী |
| তোম্বা | ঃ | বীরেন / বিশ্বামিত্র |
| বীদুর | ঃ | ইবোহল |
| কুমার | ঃ | রা: কু: দরেন্দ্র / রাজেন |
| বীর | ঃ | বলবীর |

*নুপী*

| | | |
|---|---|---|
| আশা | ঃ | বেদবতি /থোইথোই /প্রেমিলা |
| লতা | ঃ | মীনাকুমারি |
| থাবল্লৈ | ঃ | বীনোদকুমারি |

*ক্রিদিটস*

| | | |
|---|---|---|
| দ্রেশ | ঃ | চন্দ্রমনি শর্ম্মা |
| প্লেবেক শিঙ্গর | ঃ | বীমোলা |
| ম্যুজিক | ঃ | কুল্ল |
| শাউন্দ | ঃ | হোমেন্দ্রো |
| মেক-অপ | ঃ | জাদুমনি |
| ডাইরেক্তর | ঃ | চান্দম গোপাল সিংহ |

---

*ড্রামা অসি রূপমহলনা মশীঙ ১০০ গী ঙকয়াদা উৎপীখিবগা লোয়ননা মণিপুরগী মফম কয়াদসু লোকেল ওরগেনাইজেসন কয়ানা কয়ারক হন্না শান্নবীখ্রবনি।*

## CAST OF CHARACTER

### *MALE*

| | | |
|---|---|---|
| ১) | ইবোহল | ময়াম্বা অহল |
| ২) | ইবোয়াইমা | মনাও |
| ৩) | ইবোতোম্বী | মনাও |
| ৪) | তোম্বা | মনাও অতোম্বা |
| ৫) | বীর | ময়ামগী মাম্মা |
| ৬) | বীদুর | ইবোয়াইমগী মমান্নবা |
| ৭) | কুমার | লৈকায় গুন্দা |

### *FEMALE*

| | | |
|---|---|---|
| ১) | থাবল্লৈ | লতাগী মমা |
| ২) | আশা | ইবোহলগী নুপী |
| ৩) | লতা | ইবোয়াইমগী নুপী |

# “ঐ মমানি”

## অহানবা তাঙ্কক

## অহানবা উৎপা

নুংঙাই য়াইফরম্বগী খুদমতমক ঙায়রবা য়ুম অমগী চাওরপ তৌবা কা অমা, ময়াইদা থোঙজাও অমা, নাকন নাকন্দা থোঙনাও অনি, য়েৎ ওইদা থোঙ অমমম, মনজুনরবা পর্দা, ময়াই ওইরপ লীগী সোফা Double অমা, অনেম্বা তেবল অমা, ফক্লাং ময়া নক্লা নক্লা য়েৎ ওইদা উগী তেবল অৱাংবা অনি, উগী চৌকি অনি অনি, মোৎলবা তেবল কোভর, লাইরিক খরা, ফক্লাং ময়া নক্লা লাইরিক্কী রেক অমদা লাইরিক খরা, File খরা।

তোম্বা পর্দা হায়দোক্তুনা তুমিন্না হুরাম্দুনা চংঙকই, য়েৎ থংবা থোঙদা লোন্না চংগে তৌবদা আশা থোরকই। তোম্বা খংপ্রেক খংই।

আশা :- তোম্বা, কদায় চৎলুই ? নঙবু কদায় চৎলুবগে ?

তোম্বা :- অশ্বাইফাওবা সুম চৎলুবনি।

আশা :- নচিন থীনু, শেংনা খুম্মু ।

তোম্বা :- অশ্বাইফাওবদনিদা।

আশা :- ঙশাই অয়ুক পুং ৮ তাবদগী নুংথিল পুং ২ তারফাওবা চাক্কা চাদবর্মখৈ চৎলুরিবদুবু অশ্বাইফাওবদনি হায়বা। নঙ লম হেনগদৌরিকো। ঐদি নঙগী তামোচৌদা তাক্কদবনি। শেংনা খুম্মু, কদায় চৎলুই ?

**ঐ মমানি**

তোম্বা :- ইতৈমা ঐ শেংনা খুমগে, ঐখোয় তামোচৌদা তাকথোক্কনুকো।

আশা :- তাকথোকপীরোই শেংনা হায়য়ু ।

তোম্বা :- ঐ সিনেমা য়েংঙুবনি।

আশা :- (শাওনা ) সিনেমা য়েংবদা চাক চাদবা য়ারেনে ? সিনেমাদা থব্রাই লুপখ্রবনিনে ? ফৈ ফৈ।

(চংখিগে তৌই )

তোম্বা :- ইতৈমা-ও ।

আশা :- (শাওনা) কৌরক্কনু। নখোয় নখোয়না অদুক ননিং তম্মগা ঐগা কৌনবা দরকার লৈতে।

তোম্বা :- ইতৈমা, ঐ লাল্লে। ঐবু নহাল মখৈ য়েংবরনে ? ঙসি নোংমখক য়েংববু ........

আশা :- নঙবু নহালমখৈ য়েংই হায়বা নত্তেনে। নঙবু সিনেমাদু য়েংগনু হায়না থিংবসু নত্তে। করিগীনো নঙনা চরা হেনবমখৈ সিনেমাদা থব্রাই অদুক য়াওরিদুবো ? চাক চারগা য়েংবদি য়াদবরা ?

তোম্বা :- ইতৈমা ঐ মতুং মনাও য়েংজররোই। ঐ চাক য়াম্না লাম্মে ঐগী চাক পীরো।

( মখুৎনা মপুক্কা নাল্লি )

আশা :- ঙসাইমখৈ সিনেমা য়েংঙিঙৈদদি চাক লাম্বা কাওবনিনে। নৎত্রা ?

তোম্বা :- ইতৈমা চাক পীরো।

আশা :- নবুক অদুক চাওবা নঙনা চরা হেল্লগা সিনেমা য়েংইবনিনে। ইতৈমা পৈশা পীগে অমুক্কা য়েংঙুখিগেরা?

তোম্বা :- (ওইননা) য়েংঙোই অমত্তা, মীনা চাক লাম্মে হায়রমত্তদা। ( শাওনা চংখি )

আশা :- হৌজিক্ত মাক নিংশিংঙকইবনিনে ?

( তোম্বগী মতুং ইন্নদুনা চংখি )

ইবোতোম্বী চংঙকই লীগী সোফাদা ফম্মী,

য়াম্না ব্রাকুনবগী পোত্থাবগী মওংদা লৈ,

ইবোয়াইমা ঈশৈ শক্কুনা চংঙকই)

ইবোয়াইমা :- (ঈশৈ) প্যার কিয়া তো ডরনা ক্যা, প্যর কিয়া কোই চোরি নহি কি প্যার কিয়া ... (চৌকিদা ফম্মী )

ইবোতোম্বী :- (ইবোয়াইমদা মুন্না য়েংঙম্বদগী ) রাধেশ্যাম, উপাই লৈতে, স্বাইদা সুম লোইরে।

ইবোয়াইমা :- থুনা অহল ওইশিনখিদা ইনাওদি।

ইবোতোম্বী :- তামোয়াইমদি ব্রাখল নুংঙাইবীবনরা করিনো শক্কা ওহোক্লা ফজথোরকখ্রে।

ইবোয়াইমা :- মদুদি মশানা তাবনি। নুংঙাইথোকপদা হৈয়ু নহা ওইথোকপনি। মসি পুন্সিগী মন্ত্রনি কাউগনু।

ইবোতোম্বী :- মন্ত্রদু তামোয়াইমদা কাউবীগনু ।

ইবোয়াইমা :- হায় অঙাং অপংবা, নঙগী হাযবীবনিনে।

ইবোতোম্বী :- ঐনা তামোয়াইমদা হায়বীযু হায়দে।

ইবোয়াইমা :- নঙগীদমক হায়বীবনি, লৌদ্রগা তোকউদনা।

(আশা সনাবুন পুদুনা থোরকই )

আশা :- করিগীনো নবান্নিনা হেক্তা ওনশিন্নরগা চীক্লরিসিবো?

ইবোয়াইমা :- মাগী ফনবা হায়বীরগা।

ইবোতোম্বী :- ঐনা তামোয়াইদা হায়বীযু হায়বরনে ?

ইবোয়াইমা :- হায়দ্রসু।

আশা :- নখোয় অনি ওনশিন্নদুনা ফম্মীন্নগনু।

(চংশিন্দুনা ইবোয়াইমা চীংথোকই )

তোঙান তোঙান ফমনৌ । ব্রা ঙাংনগনু, হেক ঙাংনবদা খংগনিদনা। ঐনা হল্লকপদা খংনবমগনুকো।

( থোকখি )

ইবোতোম্বী :- (মতোমতা) মথৌ লৈদৌনা পংঙাংদা হেক ঙাংঙদনা।
ইবোয়াইমা :- ঙুং ঙুং ঙংগনু তানিংদে।
ইবোতোম্বী :- তানিংদ্রগা না হেক মেনশিল্লু।
ইবোয়াইমা :- অঙাং নঙ হৌরিবরা ?
ইবোতোম্বী :- ঐনা তামোয়াইমদা করি হৌরগেনে ?
ইবোয়াইমা :- হৌগে হৌ হৌরোই তোকউ।
ইবোতোম্বী :- অদুদি খৎনবা হৌবগী মরৈ চক্রি হায়দুনি।

(তোম্বা মখুৎ তৈথোক তৈথোক্লা থোরকই)

তোম্বা :- চক্রি চেং চাদৌ শরুক Mill গী চেং চাজগে । চাক লাম্মগা চাক চাবমুক হাওববু কদায়দ লৈরিদগে ?
ইবোয়াইমা :- হায় থীবোংলাও, ঙায়হাক লৈরা চাক, ঙায়হাক লৈর চাক, নত্তে, নঙনা চাশিনখ্রিবা চাক ময়ামদুবু কদায়দা থম্বগে ?
তোম্বা :- ঐ ঙসিগী চাক চাদ্রিনে।
ইবোয়াইমা :- কৈদৌবৈ চাদ্রিবা ? ঙসাইমখৈ কৈদৌ লৈবগে নঙবো? করিনো মসিবো ? ইপঙগা পঙথরদনা, হায় ষঙ্গদেশ।
তোম্বা :- সিনেমা য়েংঙুরিনিনে।
ইবোয়াইমা :- চাক চাদনা সিনেমা য়েংঙুরিবা ! নঙ্মঙায়রেহে সিনেমাদা থাব্রাই য়াওরিবসে।
তোম্বা :- তমোয়াইমনা য়েংবদি য়ারিনি।
ইবোয়াইমা :- ঐখোয়না য়েংবদি চাক চারগা য়েংবনিনে।
তোম্বা :- য়েংঙৈনি।
ইবোয়াইমা :- মসিগী অঙাংসি ওম্থোক্লা খুমখ্রেদা ; নঙনা লাল্লে খঙঙবদি তুমিন্না অদুম লৈবা য়াদ্রা ?
ইবোতোম্বী :- করিগীনো তামোয়াইমনা অওন অওন চাবিরিসিবো?
ইবোয়াইমা :- করিগিনো নঙনা অমুক য়াওশিল্লকইদুনা ? তোম্বগা ঐগা ঙাংনবনি, মসিদা নঙনা য়াওশিল্লকপগী দরকার

লৈতে।

ইবোতোম্বী :- তামোয়াইম্‌না হুই অঙাওবদৌনা অউ অউবা মী চীকপীরিসিবো ইতৈমা য়াইমা ওইগদৌরিবিদুগা শাওনবীরকপরা ?

ইবোয়াইমা :- করি হায়বা ? নঙনা হৌজিক হায়বদুবু করি হায়বা ?

(হৌগত্তুনা তান্নে, আশা ঈশিং পুদুনা চংঙকই ইবোয়াইমা সোফাদা চংশিন্দুনা ফম্মী )

আশা :- নখোয়বু নুংশিননা নচিন ননাও ওইবগী ৱারি শান্নবা, নোক খেদুনা হরাও হরাও লৈমিন্নবা য়াদবরা ? নুমিৎ চুপ্পগী খৎনগদবগীদা তৌরিসিবু করিগীনো ?

ইবোয়াইমা :- ইতৈমা অঙাংশিংসি লম হেল্লিনে।

আশা :- নঙদি হেন্দে সিনিনে ?

ইবোয়াইমা :- ঐবুদি ভাব তানা ঙাওশিন্নবনিদা।

ইবোতোম্বী :- ইতৈমা, ঐখোয় তামোয়াইমদি ভাব য়াম্না তানা ঙাওশিন্নবনি।

ইবোয়াইমা :- নঙ-নঙ য়াওরক্কনুকো ।

ইবোতোম্বী :- ঙাওবু ঙাওই হায়বনি।

ইবোয়াইমা :- নঙদি ঙাওদ্রেনে, নঙদি মরম য়াম্না মোকই সিনিনে ? হো ইবংঙো মরম মোকপা।

আশা :- করিনোমী নখোয়না তৌরিসিবো ? খুত্তি য়াওনরক্কনুকো, নখোয়না হেক খৎনরকপদা ঐনা করি তৌগে য়েংঙু।

(চংখি)

ইবোয়াইমা :- (ইবোতোম্বীদা তপ্না) করিগীনো নঙনা "শাওনবীরকপরা" হায়না ঙাংখিবদো ? করিগীনো?

তোম্বা :- এ, তামোয়াই, ঙসাই ফি জর জর লাওবীগা ইনবী কাজল য়াম্না তৈবী চীনবান ঙাংশং ঙাংবীদু কানানো ?

ইবোয়াইমা :- কনানোনে ?

তোম্বা :- International Hotel মমাংদা লেপমিন্নহৌবদো।

ইবোয়াইমা :- কৈদৌঙেগী ব্রানোনে ?

ইবোতোম্বী :- তোম্বা নঙগী ব্রাদু তামোয়াইমদা হংঙ্ঙুনু কান্নরোই, হংগে হায়রগা ঐঙোন্দা হংঙ্ঙু , তাকপীগে।

তোম্বা :- তামোতোম্বীবু খংজবরনে ?

ইবোতোম্বী :- করিগী খংদনি, ঐনা খংদববু লৈবরা ?

তোম্বা :- অদুদি কনানো ?

ইবোতোম্বী :- International Hotel মমাংদা নঙনা অমোয়াইম্মগা লেপমিন্নহৌই হায়রিবা নুপীদো ঐখোয়গী ইঁতৈমা য়াইমা ওইগদৌরিবী লতা হায়বীদুনি।

ইবোযাইমা :- হাকআই, মসিগী অঙাংসি কয়াদা ওকইনো। খংবরা খংদবরা হেক্তা হায়জিল্লিনিনে।

তোম্বা :- তামোতোম্বী নুপীদুগী মশক্তু লাই মাল্লি তিন্নবা নুংঙাইদৌ মানদে।

ইবোয়াইমা :- মদুদি চুম্না লেপমিন্নবনিনে।

তোম্বা :- চুম্না লেপমিন্নবসিদি নিংশিংবদা খরা ব্রানবোরে ?

ইবোতোম্বী :- মমল কাউখৎহল্লিবনিনে। ঐখোয় তামোয়াইমবু থাথারা ? মতৌদবু মোল্লি মোল্লি .......

ইবোয়াইমা :- ঐবুদি হায়রিনে, নঙদি ? নঙবু চম্মী সিরা ? য়াওশংগী থাবল চোংবদা খংঙোইদবোই নিংবরা ?

ইবোতোম্বী :- থাবল চোংববুদি, ঐদি মফম খুদিংগী চোংইনা।

ইবোয়াইমা :- নোংমৈবুং পুংথক্তা চোংবদা পোৎফমদা গুলাকা চামিন্নরদনা অফাওবা শাবদুদি ?

ইবোতোম্বী :- অদুদি ঐখোয় ইমান্নবা অমদুগীদো ।

তোম্বা :- নামানা ইমান্নবগী থবক্তা ঐগী, মসিনা মফরবনি

(আশা থোরকই)

আশা :- ঐনা ঙাইদগী তাগে হায়দুনা তাবনি, মচিন মনাও

ওইবগী ইকাইনবসু মচেৎ অমফাওবা য়াওদে। নত্তে নখোয়না শারিবা ৱরিদুবু করিনো ? করি ৱারিনোবা ?

(ইবোহল চংঙকই)

ইবোহল :- ময়াম পুনশিন্নরম্মীসিনা করি অমুক তৌরে ?

আশা :- করিসু তৌদে।

(ইবোহল সোফাদা ফম্মী)

ইবোহল :- নখোয়না পুল্লপ পুনশিন্দুনা লৈরে, ইংখোল শন্বলদি কনাসু য়েংশিনবীদ্রবনিনা লমহাং ওল্লক্কদৌরে। ইবোয়াইমা নঙনা ননাওশিংসি থৌদাদুনা সি তৌ, সি তৌসি হায়দুনা শিন্দোক শিনজিন তৌবদি য়াদবরা ? নুমিৎ চুপ্পগী ফি নান্না শেৎলগা কোইগনিদমক খনবা ! করিনো নখোয়গী মতৌসিদি ইয়াম্বদি ভাব তাদে। মতৈমনেনা তৌরিসিনা মরোল অমা মনাও ময়ামসি ৱারক ৱাতেমবগী ৱা লৈতে।

আশা :- ইনাওশা, নখোয় তামোচৌগী মনাক্তা লৈরবদি য়াররোই, নফি, নরোলশিংদু হোংদোক্করুরো চৎলু।

(তোম্বা, ইবোতোম্বী চংখি, ইবোয়াইমা মপাল্লোমদা থোকখিগে তৌই )

ইবোহল :- নুমিৎ তারমদায়সিদা ইবোয়াইমা নঙনা কদায়দা ?

ইবোয়াইমা :- অশ্বাইফাওবদনি। (থোকখি )

ইবোহল :- কাদায়দনোনে চৎখ্রিসিবো ?

আশা, নঙনা তৌরিবসি য়াম্না লাল্লেদা।

আশা :- ঐনা কৈদৌরগে ?

ইবোহল :- করিগীনো নঙনা অঙাংশিংসি কাও থাবদৌনা থাদোকইসিবো ?

আশা :- করিনো মোই তামোনা তাকপিরিসিবো ?

(ইবোতোম্বী ইমুংদগী থোরকই, মপাল্লোমদা

থোকখি)

ইবোহল :- ইবোয়াইমসু ইবোতোম্বীসু নোংমনা লৈরক খুল্লক্তা চাদুনা মরৈরম্মী, নোংমনা বাজারদা। মখোয়নদি ঐসি মিং তাঙবা, ইনা পঙবগুম্না খল্লিমাল্লেনে। ঙসিনা সিনেমা হোল মমাংদা তোম্বনা। মসিবু নঙনা য়াদনা মখোয়না করম্না তৌগদৌরিবনো ? মসি নঙনা ইনশিল্লমাল্লেদা।

আশা :- য়ুমদগীদি থবক্লি হায়দুনা মথোকখি। ইবোয়াইমনা থোকখিবদু মোইতামোনা থিংববু ঙম্বীহৌবরনে ?

ইবোহল :- চৎপা থীংবগী ব্রা নত্তেনে ।

আশা :- মখোয়না য়ুমদগী মপান থোকখ্রগা করি তৌবগে হায়বদুদি য়ুমদা লৈবী ঐনা করম খংঙুদোয়নো ? ঐবু মখোয়গী তুং কোইনা ইন্নদুনা শেন্নৌ হায়বীরিবরা ? অদুগা অমরোমদনা মখোয় নহা ঙাক্তনি।

ইবোহল :- মদুদনি নঙনা ইনশিল্লমগদবা মাল্লিবসি। আশা, ঐ ব্রা হায়গে, মীওইবগী চরিত্র হায়বসি য়াম্না লুবনি। ঐনা মসিমা ওইগেনা হায়রগা খুদক্তা ওইবা য়াবা নত্তে, মীওইবগী মানা মানা মিৎকুপ্তা তৌখিবা থবক ময়ামদুনা খজিক খজিক্তগী মপুম ওনখৎলগা মীওইবগী চরিত্র ওইগদৌরিবনি। মসিবু কৈদৌয়েগে হায়না খন্দোকপা তেনখ্রবা মতমগী পীকখ্রবা থৌদোক মচাদুমনা মীওইবগী চরিত্র শেম্বদা চাওরবা শরুক অমা ওইরিবনি হায়বসি ভাব তানগদবনি। ঐদি য়ুমদসু তোয়না লৈবা মীশক অমসু নত্তবনিনা ননাও ময়ামসিগী অফ ফত্তগী দয়ী নঙগীনি। মদু খংনা নঙসু অঙাংশিংসি ব্রারক্কদবনি।

আশা :- মী অমনা মী অমবু শেম্বা ঙমগনি হায়বসিদি মোইতামোনা থাজবীবরা ?

ইবোহল :- থাজে ; মী অমা শেন্নদা খ্বাইদগী চাওবা শরুক লৌরিবসি মমানি। নঙ ময়ামসিগী মতৈমনি, মমা শাবীনি, অদুনা ঙমফম থোকই।

আশা :- মীওইবসি শক অমগা অমগা মান্নদবগুম ব্রাখলসু মান্নৌ হায়বা য়াদে। মী অমনা মীপুম খুদিংমকপু পেলহন্নবা হোৎনবা হায়বসিসু ওইথোক্তে। হৌজিক লৈরিবসি ইনাও অহুমনি। ঐনা মখোয়বু ইনাওনি নত্রগা ইচানি হায়না খনবা ঙম্নবসু মখোয়না ঐবু মমানি হায়না খনবা ঙম্নগদ্রা ? চীংননিংঙায়নি। তশেংনা হায়রবদা ঐদি লমলানবীনি। মসি হায়রগা মোই তামোনা ঐবু ব্রারৌবীরমগদ্রা ? ঐনা মখোয়বু ইনাওনি হায়দুনা ব্রারকপা মখোয়না ঐবু মমানি খন্দুনা ইনবীরবদি মোইতামোনা খনবীরিবদু ওইথোকখিবসু য়াই। করিগুম্বদা মখোয়গী অনিংবদা খুৎ থিংজিল্লি হায়দুনা ব্রারৌখিবা থোক্লবদি কনাদনো মোই তামোনা মরাল পীগদৌরিবসে ? ঐ খংই, ঐ মমা শাবীনি, তশেংনা ঐনা ইনাওশিংবু নুংশি, মখোয়বু ফহন্নিংই। মখোয়বু ফহন্নিংবা ঐনা মখোয়গী ফত্তনবা শিল্লমগনি হায়বসি থাজবিবরা ? মখোং পান্দুনা কোইচৎ চৎলিবা মীবু য়ুমদা লৈবা ঐনা করি খঙ্ঙুদোয়নো ?

(চংখি)

ইবোহল :- (মতোমতা) ওস্থোকপনিদা, করিসু নত্তবদা শাওরিবনিনেসে।

বীর :- (মপান্দগী) ইবোহল,

(ইবোহল হৌগৎলগা থোকখি)

ইবোহল :- (মপান্দ) মামা, অসুক থেংনা কদোমদগী ?

(ইবোহল , বীর চঙকই )

বীর :- (ফম্মগা) ঐনা লাকইবসি অতৈগী নত্তে, হংচিৎসি নথৌগী দিন থোকই, নখোয় নচিন ননাও ময়াম লাকউ হায়গে হায়দুনা লাকইবনি ।

ইবোহল :- লাকচগে মামা ।

বীর :- নখোয়সু নোংমা ফাদোক মরাকউ। নখোয় নচিন ননাও মরীসে ঐগী ইচন্দুনা পোকঅম্বনি হায়বমখৈতা ঙাইহৌদৌরে, তিন্নবগী নুংশিনবদুদি মাংখিগদৌরেনে ইমাকশা ।

(তোম্বা থোরকই)

তোম্বা :- মামা (খুকম্মী)

বীর :- য়ারে য়ারে ।

তোম্বা :- করিগীনো মম্মকান্দা লাকইদি ? ঙাল্লিঁঙৈদা লাকপা যাদববা ?

বীর :- ইমাক তোম্বনা হায়বা চুম্মী। অদুদা তোম্বা, মামদি থবক চিনবনিননে থেংঙকইবনি। অদো নঙ হংচিৎসি চাক চাবা লাকউনে ।

তোম্বা :- কৈদৌবে চাকনো মামা ?

বীর :- নথৌগী দিননিনে ।

তোম্বা :- ও মদুমা ঐ লাকপা ঙম্মরোই ।

বীর :- করিগীনোনে ?

তোম্বা :- ঙা য়াওরোই তল্লি ।

বীর :- হায়হৈদেনে নংবু ? নয়াম্বা অতৈদি, নতৈমনা কদায়দা চৎখ্রবা?

তোম্বা :- তামোয়াইমগা, তামোতোম্বীগদি কোয়বা থোকখ্রে, ইতৈমদি মশা খিরুম খিরুম তৌই, মকোক চীকই হায়দুনা লৈহৌই ।

বীর :- ঙায়খো ইবোহল, ইবোয়াইমগী থবক হায়বদুনা

কমদৌগ্রবা ?

ইবোহল :- খনবদি খল্লে, থবক্তি কাদ্রি। Medical examination হায়বনে, Police verification হায়বনে ময়াম অমা ব্রাৎলিমাল্লে।

বীর :- মাগীদুবু করি থবক হায়বা ?

ইবোহল :- Assistant Engineer হায়বনি মামা।

বীর :- য়াম্না ফরে, য়াম্না ফরে। অদুদি মামসু য়ৌরগে (হৌগৎলি)। তোম্বা মামসু চৎলগেকো।

তোম্বা :- ঔ মামা।

বীর :- নখোয় ঙন্না লাকউকো।

ইবোহল :- ফনি মামা।

(বীব থোকখি, ইবোহল চৎখি, তোম্বা চৎশিন্দুনা চৌকি অমদা ফম্মী, লাইরিক হাংদোকই, বই অমা পুথোক্লগা করিনো ইরি। ইবোহল থোরকই।)

তোম্বা, নতৈমা মশা ঙমদ্রে হায়রে, নঙ চাকতু খরা থোংঙুরো। (তোম্বা ময়াম্বদা হায়ফেৎ য়েংলগা লুকথখি) মরম মোকপনি ইনাওদি, ইয়াম্বা ফার্মাসিদগী হিদাক লৈরুখিগে।

(থোকখি)

তোম্বা :- ( মতোমতা, শাওনা ) তোম্বা, তোম্বা অমা তৌরে তোম্বা,অমা তৌরে তোম্বা, তোম্বদি তোকএনে। লাইরিক ঙায়হাক্তা পাবা ফাওবা শংদে। খোয়দৌনা খোয়দৌ শাওগৎপনে ঙশিনে -

(ইবোতোম্বী চংঙকই )

এ: তামোতোম্বী, ঙসিদি তামোচৌনা চাক থোংঙু হায়রম্বনি।

ইবোতোম্বী :- অদু ওইরগা নঙ থোংঙুরো, নঙনা অঙাং হায়দু থোকই।

তোম্বা :- অহনদি চাক থোংহৈদবরা ?

ইবোতোম্বী :- অহন্না অহন্নিদনা, অঙাং হায়বসিদি অহন্না হায়বা ইনগদবা ভাব তারবরা ?

তোম্বা :- অহলদি অঙাংনা হায়বা তারোইদবা ?

ইবোতোম্বী :- মদুমা ঐ খংদে, নঙ চাক থোংদোকউরো, ঙায়হাক্তদা লোয়গনি।

তোম্বা :- তামোতোম্বীনা থোংগদবনি, হোরেল তামোচৌনা চৈজনি, ঐদি খংদেকো ?

(লাইরিক ইবা হৌই)

ইবোতোম্বী :- অঙাং নঙনে -

(ইবোয়াইমা চংঙকই )

তামোয়াইমা, তামোচৌনা তমোয়াইমদি কোয়বা য়াম্না ফৈ, মা ঙসিদি পুজারি ওইহল্লু হায়বনি।

ইবোয়াইমা :- নখোয় লোয়না চাক চানরগা ঐঙোন্দা কদর তৌরক্কনু।

তোম্বা :- ঐখোয়দি চারে, লেংশিনবিয়ু চাকখুমাংদা, ইনশাং মথেল তারামুক্লা তামোয়াইমবু চংলকপদা ওক্কদবগী ময়া হিগত্তুনা ঙায়হৌরিবনি ।

ইবোয়াইমা :- নয়াদু হিগৎকনু, চাক্লা চাক লাম্বনে, করি ইনশাং থোংই ?

তোম্বা :- কোবী মনাদুগা অলুগা ইরোল্লু হায়রম্বনি।

ইবোয়াইমা :- অঙাং নঙ হায়বীদে হায়জনুহে, নঙ অনম য়াম্না কনদৌরি। (হৌগত্তুনা চংখি)

ইবোতোম্বী :- তোম্বা ঙসিদি ঐখোয় তামোয়াইমসি নমদুনা চাক থোংহনসিকো।

তোম্বা :- ঐদি খ'ংদেকো, ঐদি হাযবিদে হায়জনু , তামোযাইমগা তামোে গম্বীগা অনিগী মবক্তা অমনা থোংগদবনি। ঐগী শরুক ঙসাই অযুক শীঙ খাযদোকচবম্মবনি।

ইবোতোম্বী :- খাযবৈনিহে, ঙবাং ঐনা ভাবিদা খাযদোকঅগা থম্মম্মদুবো ?

তোম্বা :- অদু ওইবসু খাযনে। তামোতোম্বীনা খাযবম্বা খজিক খক্কুনা চাক থোংবা কোন্নগদবোই নিঙববা ?

(ইবোযাইমা থোবকই)

ইবোযাইমা :- কবিগীনো ঙসি ঐখোয ইমুংনা চাক অসুক যাম্না থেংঙিসে ? ইতৈমা কদায চৎখি ?

তোম্বা :- ইতৈমা হকচাং ঙমদবে, তামোচৌ হিদাক লৈবা চৎখ্রি।

ইবোতোম্বী :- তামোচৌনা তামোযাইমাদা চাক থোংহল্লু হাযবম্মী হাযজদ্রা ?

ইবোযাইমা :- তোম্বা নঙ অঙাংনি খবা থোংদোকউবো চৎলো।

ইবোতোম্বী :- তামোযাইমদা থোংহল্লু হাযবম্মগা।

ইবোযাইমা :- নচিন্দো থীনুনে. নঙোন্দা থোংঙু হাযবম্বদুম ওইবিনি, তোম্বা চৎলো, থোংঙুবো। অঙাংনা তনবা হৌনদে।

তোম্বা :- (শাওনা) অমা হাযসু অঙাং, অমা হাযবসু অঙাং, ঐ অঙাং নত্তে অহন্নি।

ইবোযাইমা :- অহল ওইবসু থোংঙুবো।

তোম্বা :- (কপ্পী, কপ্পী) খংদে, খংদে, নখোয থোংজকচো, ঐনদা থোংঙি নত্রা ? নখোযসু নোংমা ফাদোক থোংবীবা যাইনা। ঐদ হগেংগী পাবাসু অমফাওবা ফাদ্রি।

ইবোযাইমা :- অদুবু সিনেমা যেংদৌ শরুক লাইবিক পাদুনা লৈবা যদ্রা ? লাইবিক পাদৌবা মতমদনা সিনেমা যেংদুনা

লৈকুবে অদুগা হৌজিক্কা পাবা ফাদ্রিগাযনা , থোংঙুচো চৎলু ।

তোম্বা :- (কপ্পা) থোংঙোয অমত্তা । ইতৈমা নাবা ফৎত্রিফাওবা হযেংসু হংচিৎসু থোংদৌবা অসুক যাম্না ৱাৎলিসিবু, ঙসি নোংমখক্তি থোংবীবদি যাইনা ।

ইবোযাইমা :- (ইবোতোম্বীগী মনাক্তা চংশিল্লগা ) ইবোতোম্বী, নঙ খবা থোংবীকুবো চৎলো । হযেংদি তোম্বনা মবাইনা থোংজনি ।

ইবোতোম্বী :- মদুমা দাই লৈতে, তামোযোইমা ওইনা থোংবীরু । তামোযাইমবু চাক কযাবকপু থোংঙবগেনে ? B E তম্মীবনি হাযদুনা Patna দা নিংথৌ শাদুনা চহি ৪/৫ লৈকবিবা নৎত্রা ? B E বাবুদি চাক থোংহৈদে হাযবা লৈববা ?

ইবোযাইমা :- নঙসু নিংথৌ শাজকচো। ঐনা থবক হেক কাদুনা তলব হেক ফংবগা নঙসু চৎচৌ ও ।

ইবোতোম্বী :- মদুমা ওইদ্রবা ৱানি ।

ইবোযাইমা ·- সৈত্য থাবীগে, B E তমগেবা, Doctor তমগেবা, M Sc তমগেবা ? সৈত্য নংনা অপাম্বদা হাযযু, মদুবু হেক ঙমদ্রবা ঐ ইবোযাইমা নৎত্রে ।

ইবোতোম্বী .- তামোযাইমনা হাযবীবিবদু ঐনা থাজনবনি হাযদুনা হাযবিবিবনিনে । চিনগা খুৎকা শম্নদ্রবা, লমথুংফমগা লমবেলগা তিন্নদ্রবা মতমসিদা ঐনা তামোযাইমবু কবম হাযনা থাজগদৌবিবনো ?

ইবোযাইমা :- খোযদৌদুম লংখৎলকই। মসি থোক্কনি হাযবসে ঐদি নহান্না উববনি । মসিদা থোক্তনবা চাক থোংঙমদায খুদিংগী যুমদা লৈজদ্রবা, হঞ্জিল্লকপসু লোযবম্মনি হাযবা মতমদদা হঞ্জিল্লকইবা, মসিমক্তদা নাম্থোকপা যাদ্রবা ।

শাওদননে ঙাসেনে .......

তোম্বা :- কৈদৌদোবিবা ?

ইবোযাইমা :- ইবুংঙো সানামতুম, ঙসি ঐঙোন্দা থোনগৎপীবিবা দষাসি উবেদনা ?

(আশা শোল্লি শোল্লি থোবকই )

আশা :- কবিনো নচিন ননাও ঙাংনবিবদুবো ? চাক্তু ইতৈমা থোংঙুবগে।

ইবোযাইমা :- ইতৈমনা হকচাংদি ঙমদনা মৈনাক্তা কবম হাযনা ?

আশা :- ইতৈমা খবা ফবে।

ইবোতোম্বী :- (শাওবপ) তামোয়াইমনা ঙসাইনা কোক থোংদোকপিকবা যাবদুদা ওদ্রৈ পাদ্রৈ তৌদুনা লৈথোকপিবিবা নত্রা ?

ইবোযাইমা :- নঙদি থোংঙম্বা যাদ্রা ?

আশা :- (মখোল নিক্লা) কৈদৌগে নখোয়বু ইতৈমা কবিসু তৌদ্রে, পাবাদুম ফানবা পাউ।

তোম্বা :- ইতৈমনা চীন্দা নাদে হাযবনা অনাবা ফবদি যাবোই। ইতৈমা, ঐনা লানবনি তামোচৌনা চাক থোংঙম্মু হাযবম্বদি ঐনি। পাবা ফাদ্রি হাযদুনা তামোতোম্বীদা থাংজিল্লুবদগী অসি যৌনখিবনি। ইতৈমা ফমুংদা পোথাবীকুবো, ঐ থোংজকুবগে। (ইমুংদা চংখি)

আশা :- তোম্বা, তোম্বা মসিগী অঙাংসি যেংঙোই। (চংখি) (মনুংদা) নংগী লাইবিক্তু পাজকুবোনে, ইতৈমা থোংঙগে, চৎলোনে নঙবো।

(ইবোযাইমা, ইবোতোম্বী তুমিনতুমিন ফম্মী, তোম্বা পেবি পেবি থোবকই )

ইবোযাইমা :- মসীগী অঙাংসিননে। তামোচৌনা মঙোন্দা হাযবম্মে হাযববদি ঙসাইনা কোক থোংদোক্কে হাযদেমী।

ইবোতোম্বী :- তামোযাইমদি থোংবীবা যাদ্রনে। অঙাং অসিনা হযেংগী পাবা ফাদ্রি হাযদুনা তশেংনা হাযজববা অদু ফাওবা তামোযাইমনা অফাওবা শাদুনা লৈবিবগা।

ইবোযাইমা :- (শাওনা) ঐবুদি হাযবিনে, নঙদি থোংবীবা যাদ্রাও।

(ইবোহল চংঙকই, ইমুংদা চংখি)

ইবোতোম্বী :- ফমুংদা লৈহৌবা অনাবনা চাকখুমদা লৈববনিনা নুংঙাইর্বনি। হৌজিক কুমহৈসু নুংঙাইবনি।

(মযাম তুমিন তুমিন লৈনৈ,

ইবোহল থোবকই, মনাওশিংদা মুন্না যেংই)

ইবোহল :- ইনাওশা, নখোয কনামত্তা চাকসি থোংবা ঙম্নদ্রববা ?

(আশা থোবকই)

আশা :- কবিনো মোইতামোনা মবাল লৈজদবা অঙাংশিংসিদা চৈবিবিসিবো ? চাকসি ঐন' থোংগে হাযদুনা থোংবনি।

ইবোহল :- ফৈ ফৈ, নখোযনা অদু যৌনবু খল্লবদি

আশা :- কবিগীনো মোইতামোনা অঙাংশিংদা মবাল থৈজিনবীবিসিবো ? মখোযদি থোংজগে তৌবনি ঐনা হকচাং খবা নুংঙাইদুনা থোংবনি।

ইবোহল :- (শাওনা) নঙ হকচাং খবা নুংঙাইববা ?

আশা :- হান্নগী নংত্রে খবদি ফবে ( মশা নিকই)

ইবোহল :- ব্রা ঙাংবদা নখোল নীক্লমদবা নঙনা নখোল থক থক নীক্লীবসি হকচাং নুংঙাইবকপগী খুদম্নিনে, নংত্রা ?

আশা :- (যাম্না ব্রানা) কৈদৌগে মোইতামো, ব্রাশি লোযশিল্লসিবা

(মকোক ঙাওদুনা তুগে তৌই)

তোম্বা :- ইতৈমা, (কোনশিল্লি, ইবোযাইমা, ইবোতোম্বীসু চেনশিল্লি)

ইবোহল :- ইনাওশা, কবিগী পাখংলি ? পাখংলুনু নতৈমা কবিসু

তৌরোই। ফমুংদা খাংঙমদনা ফরা ফরা হায়দুনা লৈহৌবা নতৈমনা চাক থোংঙগা চাগনি ঙায়রম্বা নখোয়না করিগী পাখৎলিবনো ? নতৈমদু চাক লোয়শিলহল্লুচো।

আশা :- মোই তামোদি ?

ইবোহল :- ঐ সিদা লৈ।(চংশিল্লি) নঙবু চাক লোয়শিনবা ঙমগদৌরিবরা ?

ইবোয়াইমা :- ঐ লোয়শিল্লুরগে তামোচৌ।

(ইমুংদা চংখি)

তোম্বা :- ইতৈমা চংঙসি।

(তোম্বনা কোন্দুনা আশা ইমুংদ পুশিনখি, ইবোতোম্বী, ইবোহল ইন্নদুনা চংখি, ইবোযাইমা খুদৈ অমা পায়রগা থোরকই, সোফাদা ফম্মী, খোংউপ মরি লৌথোকই )

ইবোয়াইমা :- অচছা, কল হম এক নই পুজাবি লাইয়েংগে। উস নই পুজারিনে খানা পকায়েগী ঔর হম বৈথকর খায়েংগে। (মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ শকই ) হমারে ঘরমে কোই অয়েগী, হো কোই আয়েগী আয়েগী -

(ইবোতোম্বী থোরকই)

ইবোতোম্বী :- ঈশৈদুবু কনা লাক্কদৌরিগে ?

ইবোয়াইমা :- ব্রা ঙাংঙক্কনু খুৎপাক চানি।(ফুরিৎ লৌথোকই)

ইবোতোম্বী :- (নোকঅগা) ও ভাব তারে।

(ঈশৈ ওইনা শকই) ঐখোয় তামোয়াইমগী এক কোই নই পুজারি আয়েগী, আয়েগী

ইবোয়াইমা :- (শাওনা) ময়া ইহি হীগৎলদনা-

(ফুগদবগী তান্নে, ইবোতোম্বী চেনশিনখি।)

( মৈ মুৎলি )

# অনিশুবা উৎপা

মফম :- হান্নগী অদুমক।

পর্দা অহনবা, তেবল কোভর অহনবা লীগী সোফাগী মহুত্তা সোফা অশেংবা, Dressing Table অমা অসিনচিংবা কয়া -

আশা সোফাদা ফমদুনা ফুরিৎ কুদাম পান্দুনা লৈ, তোম্বা থোরকই।

তোম্বা :- ইতৈমা পৈশা হায়দু পীরো।

আশা :- (কুদাম পান্না পান্না ) কৈদৌনবা পৈশানোনে ?

তোম্বা :- মীনা থবক তৌদোয়নি হায়রমক্তদা পংহংদা হংই।

আশা :- ইতৈমদি পৈশাদি লৈদি লৈতনা। নখোয় তামোচৌদা হায়যুদনা।

তোম্বা :- (ওইননা) তামোচৌদা হায়রুরবদি পীরকওইনে। পীরোমী - (আশাগী মখোং ময়াদা ফমথৈ) পীরোমী ইতৈমা নঙবো, লুপা ৩০ খকপু।

আশা :- লুপা ৩০ দু লৈতে হায়মী নঙবো। নখোয়গী তামোতোম্বীগী থাখীনবা লুপা ৩০০ খক লৈ। মসিনা লোয়জরে ইতৈমগীদি।

তোম্বা :- হায়জিন্নরিনি। ইতৈমা, please, ইতৈমানা হায়রিবমথৈ য়াগেবা। ইতৈমা ইতৈমা-ও,

(আশা কুদাম পানবা তোক্তুনা তোম্বগী মকোক্তা নানবী, মুক্ক য়েংই )

তোম্বা :- পীরোমী ইতৈমা।

আশা :- (মংফাওনবগুম) করিনো ?

তোম্বা :- (শাওনা) মীনা পৈশা পীয়ু হায়রগা করিনো হায়দুনা অমুক তৌখৎলকএ। (হৌগৎলগা হন্দোকই)

আশা :- (নোক্লগা) ইমৈগীদি লৈতে, নখোয় অমোচৌদগী লৌরগা পীগে।

তোম্বা :- তৌখৎলকঅদৌনি। তল্লে পীবীরনু।

(ইবোহল থোরকই, আশা হৌগৎলি)

ইবোহল :- ইবোতোম্বীগী পৈশা হায়বদু পুথোরকওদনা, থাবীরম্মগে।

আশা :- লৌথোকচরকখিগে। (ফুরিৎ তেবলদা থম্মী) আ পৈশাগা য়াওরবদি তোম্বদা লুপা ৩০ থক্তা পীবীরম্মু।

(চংখি)

ইবোহল :- কৈদৌনবনোনে ?

তোম্বা :- (কিনা) মী থবক তৌদোয়নি।

ইবোহল :- নখোয়গী থবকসি লৈখ্রপোৎনি।(পৈশা লৌথোক লৌথোক্লা) নখোয়ননে মফম মরাং খংদে, ঙাইহাক লৈর পৈশা, ঙাইহাক লৈর পৈশা, লাইরিক পাগেদি হায়দে নুমিৎ চুপ্পগী কোয়গদবগী -(পৈশা পী, আশা পৈশা পুরগা থোরকই, ইবোহলদা পী, ইবোহলনা লৌই) কয়ানো সিবো ?

আশা :- চহুমখক্তনি।

ইবোহল :- (পৈশা হাপচিল্লগা) ইবোয়াইমনা ঙরাংদগী হল্লকক্ত্রিবসিনা কমদৌরিজাৎনো ? মদুগী অঙাংদুমা থবক তৌঙেদগী ঙাওবসু হেনগৎলকলে।

তোম্বা :- নহানসু ঠিকাদরনেবরা কৈনো নুপা অমখক্লা য়ু ওইরমাল্লে লীক্লি অঙাংবা অমখক পীরম্বনি। অদো মানা চাক চারমদায়দা তুমিন্না থকখিবনি।

ইবোহল :- করি উপায়দি লৈরি ; মশানা ভাব তাজদ্রবদি ঐখোয়নদি

করি হায়রুনি ?

আশা :- শঙ্গনদি শেল পায়বা নুংঙাইথোকপা পান্বা ঙাক্তা তীন্নরবনিনা ঐখোয়না ব্লারকপা য়াররোই।

তোম্বা :- য়াগদবা অমদি লৈদে।

ইবোহল :- করিনো ?

তোম্বা :- ঐখোয়গী ইমা য়াইমা ওইগদৌরিবীদুবু ব্লারকহনবা।

(তোম্বা হৌদনা চেপ্লোকখি)

ইবোহল :- মসিনা হেক ঙাংবদি। আ গুলামজাত্তু লাকঅগদি ঐ স্কুলদা চৎখরে স্কুলদা লাকউ হায়য়ু।

(ইবোহল থোকখি, আশা চায়রিবা লোয়শিন খোমজিন তৌই, তোম্বা চংঙকই।)

তোম্বা :- (হরাওনা) ইতৈমা ঐখোয় তামোয়াইমা নুপী অমা পুদুনা লাকহৌরে। ঐখোয় তামোচৌনা মাং থারকহৌই।

আশা :- করিনোনে নঙনা হায়রিসিবো ?

ইবোহল :- (মনুংদগী) অঙাংশিংসি খরা লৌশিনবীরোলাওসে।

(আশা থোকখি, ইবোহল চংঙকই,সোফাদা ফম্মী,আশানা লতা কোন্দুনা চংমিন্নবকই, নাকনগী থোংদা পুশিনখি,ইবোয়াইমা চংঙকই, থোংদুমক্তদা চংখিগে তৌই )।

ইবোয়াইমা, নতৈমদু থোরকউ হায়য়ু।

(ইবোয়াইমা চংখি)

(মতোমতা)করিনোনে ঐনা হৌজিক তৌগদৌরিবসিবো ?

(আশা থোরকই)

আশা :- করম হায়না থেংনবীরকপগে অঙাংশিংসিবো ?

ইবোহল :- (হৌগৎলগা ) ভাব মেন তাবা নত্তেদা, মংগুম্বা হায়দুনি। মখোয় অনি লম্বীদা চৎমিন্নরম্মী ,ঐদি খংদবনিনা ঙরাং হল্লক্রিবদু কদায়দা চৎলুবগে হায়দুনা

হংবনি, মাদি হোইসু হায়দে মাইসু হায়দে তুমিন্না অদুম লৈ। ঙারাং চেল্লকপরা, হৌজিক চেল্লকইবরা, চুম্না চৎমিন্নজবদা ঐনা চেলহল্লকইবরা ঐ হায়ফম খংদে।

আশা :- করিনো মোইতামোচৌনা হায়বীরিসিবো ? অঙাংশিংসিনা য়ুমদা চংঙকইসিবু মোইতামোনা পুশিনবীরকইবরা নত্রগা মশানা চংজরকইবরা ?

ইবোহল :- য়ুমদা চংঙকইসিবুদি ঐননিনে। নঙসু পংহং হংজিল্লক্কনু ঐ খুমফম খংদে।

(বীদুর চংঙকই)

বীদুর :- তামো ঐখোয় ভাইবু।

ইবোহল :- লৈবনি লৈবনি।

(বীদুর চংখিগে তৌই)

ঙায়খো ইয়াম্বা ব্রা অমা হংখিগে।

বীদুর :- তাকপীয়ু তামো।

ইবোহল :- নখোয়গীসি কমদৌরিবা জাৎনোনে ?

বীদুর :- তামো ঙরাং পাউ পীজরগদবদু থেংমল্লবদুদা খুদোং অমা চাহৌদ্রে। ঙসিসিনা ঐনা পাউ পীজরগদবা অদুদা লৈফমদু খজিক্তুং খুদোং চাদদনা মফম অমত্তুং হোংদোকসি হায়না থোকচরকপদা তামোগা লম্বীদা থেংনবীরিদুনি। ঐদি কিজদনা ঙায়হাকসু নাথৈদুনা লোৎচরুরে। (নোকই) তামোহোইনা নুপীময়ুমদা খজিক্তুং ঙন্না পাউ অমত্তুং হায়দোকপীহৌদ্রবদি - নুংঙাইরোই - মমাদু ময়ামগা খজিক্তুং মান্নফাত্তে তামো। ময়াম্না বেরা লৈ হায়নৈ।

তোম্বা :- লৈবনি লৈবনি, ঐ খংঙি, হিংচাবী চংবনি।

আশা :- কৈনোহে, মফম মরাংদি খংদনা পংঙাংদা হেক ঙাংঙদনা।

ইবোহল :- নুপীমচাসিবু করি লমন্দগীনো ? মমিংনা করি কৌবা?

বীদুর :- পুপ্রি মপান্দগীনি, লতা কৌই তামো ।

ইবোহল :- মপাগী মমিংনা করি কৌবা ?

বীদুর :- মপাদুদি লৈমিন্নে হায় লৈমিন্নদে হায় মফম খংজদ্রে, মমাগী মমিংনা থাবল্লে হায়দুনা মমিং ওখাক চংচরিবনি। তামোনা নুপী হায়দোকপা লেংবীবদু মী খজিক্তং য়াম্না লেংবিয়ু ।

ইবোহল :- উম ঐ ভাব তারে ।

বীদুর :- অদু তামো ঐ ভাইগা অমুক্তা উন্নজরুখিগে ?

ইবোহল :- চংঙু চংঙু ।

(বীদুর চংখি)

আশা :- হৌজিকপু কমদৌবীবা তারিবগে ?

ইবোহল :- কৈদৌরুনি, সিনিনে নুংঙাইবা হায়নরিবসি । ঐনা মখোয়গীদমক খল্লিবা অসিগা মখোয়না ঐগীদমক করিসু খনবীদবা অসিগা কয়াদা খেন্নখ্রবা । ঐগী ব্রানবদনে মখোয়না শিল্লিবসে ।

আশা :- করিনো মখোয় তামোনা হায়বীরিবদুবো ? অদুগুম্বা ব্রাবু হায়বীবা হৌনবরা ? মখোয়বু ইনাও নংত্রবরা ?

ইবোহল :- মাম্নি, ইনাওনি, ঐনা ময়াম্বনি। ময়াম্বা ওইরুবা ঐদি নাম্বোকপা য়াদবা লীপুন অমনা পুনশিনখ্রবনিনা থবক খুদিংমক্তা ইচেন্দা চেন্নবা তাবনি। চংলু ফুরিৎ ফৈজোম পুথোরকউ । নহানা হনুবা শাবা নুংঙাইদৌরি ।

আশা :- (নোক্লগা ) মোইতামোবু হৌজিকপু নহাসু অমুক ওইবীনিংলিবরা ?

ইবোহল :- ওইনিংলুবগী ব্রা নত্তে, ঐগী চহি মতাংসিনা ময়াম্বনি , য়ুমগী অহন্নি হায়দুনা নুপী হায়দোকপা চংকদৌরিবসিনি, ঐ ইথন্ত নোক্লিংলিবা ।

(আশা চংখি)

(মতোমতা ) কনা কনানো ঐনা হৌজিক পুদুনা চৎকদৌরিবসিনা ? ইহে ! ইবোতেম্বীগী পৈশানা করম্বা কান্দা থাগদৌরিবা ? করিনোনে ঐনা তৌরিবসিবো ? স্কুলদুনা কমদৌবা ? (তোম্বদা) তোম্বা, নং স্কুলদা ঐ লাকঅরোই হায়দুনা পাউ অমত্তা পীরু । অদুগনে নঙ মাম্মখোয়দা মাম্মদা পাউ অমত্তংগা পীরু ।

তোম্বা :- ঔ পীরুগে ।

(থোকখি, য়াম্না ফিংনা চেনশিল্লকই )

(ফিংনা) তামোচৌ লীঁচে পায়বা নুপা অমগা নুপী অমগা চংঙকইয়ে ।

ইবোহল :- কনা কনানোনে । (থোক্কে তৌই)

থাবল্লৈ :- (মনুংদগী ) নুপীমচা , নুপীমচা লত্তা ।

ইবোহল :- (পর্দা হায়দোঅগা ) ময়াম অমুক্তা লেংশিনবীরকউ ।

(থাবল্লৈ চংঙকই, কুমার লীঁচে মরু অচৌবা অমা পায়রগা ইন্নরকই, কুমারনা ইমুংদা থুংনবা কোয়য়েং য়েংই )

লেংশিনবীয়ু ।

থাবল্লৈ :- ফম্মরোই , ইবুংঙোবু ইবোয়াইমগী ময়াম্বরা ?

ইবোহল :- অহোই, মান্নি, অমুক্তদি লেংশিনবীয়ু ।

আশা , ময়ামগী চা নুং তৌরকউদনা ।

থাবল্লৈ :- ইবেম্মা লোল্লুনু । ইবুংঙো , ঐ ইবুংঙোখোয়না হায়দোকঅবা ঙায়দনা মনা মনিল নায়নদনবা হায়দুনা লাকচরিবনি, নুপীমচাদু পুথোকপীরকউ, ঐ পুজখ্রগে ।

ইবোহল :- ব্রাফমসিবু ঐখোয়বু ...

থাবল্লৈ :- ইবুংঙো মখা তাবীরনু, ব্রা য়াম্নদ্রিঙৈসিদা লোয়শিন্নবা তৌসি । ব্রা য়াম্নরগা নখোয়সু নুংঙাইরোই, ঐখোয়দসু

নুংঙাইরোই।

| | | |
|---|---|---|
| ইবোহল | :- | শাওবীনু, লানববুদি ঐখোয়না লাল্লবনি। |
| থাবল্লৈ | :- | ঐখোয় শাওজদে, ইফ ফজনা হায়নরিঙৈসিদা পুথোকপিরকউ, মখা শাংথনরগা ব্রা কায়নরক্কনি। |
| ইবোহল | :- | ব্রাফমদুদদি তাকপিগনু, অঙাংশিংসু মশা মশা য়ানদুনা লাক্রবনি। মখাদি কমদৌসিগে হায়বদু তাকপীয়ু। ঐখোয়সু ময়ামগী নীংবমক থুংহনবা ওমদ্রবসু খরা মখৈদি হোৎনজগে। |
| থাবল্লৈ | :- | ব্রা মখা চত্থবগী কান্নবা লৈত্রে ইবুংঙো। ব্রা হায়ববু পিবা য়াম্না লৈবা ইমুংদা ইচানুপী থাজনিংদে পুজখ্রগে। |
| তোম্বা | :- | তামোচৌ পীথোকখ্রসিবা। |
| আশা | :- | তোম্বা নঙ তুমিন লৈয়ু। |
| তোম্বা | :- | চেল্লকঅবা নুপীবু পুজখ্রগে পুজখ্রগে ... মসিদবু কনানা শাওনিংঙোইদৌরিবনো ? |
| থাবল্লৈ | :- | ইবুংঙো ঐ মমানিনহে। ঐনা পুজখ্রগে হাযবিবসি ইচানুপীনিনে। |
| তোম্বা | :- | নুপী চেন্নবসিবু নুপীদুনা মমাদা ইমা ঐ নুপাদুদা চেনখ্রগে, ইমানা য়াবরা য়াদববা হায়দুনা হংনববা ? |
| থাবল্লৈ | :- | ব্রা য়াম্নগুমসি ইচানুপী পুথোরকউ। |
| তোম্বা | :- | তামোয়াইমনা চেল্লকঅবা ইতৈমসিবু কনাদা অমুক পীরুগে হায়রিবনো ? |
| ইবোহল | :- | তোম্বা। |
| তোম্বা | :- | তামোচৌ, মসিগী হনুবীসি তুম্বা বেবা লৈদা। |
| থাবল্লৈ | :- | (শাওনা) করি হায়বা ? নঙনা হৌজিক হায়বদুবু করি হায়বা ? |
| তোম্বা | :- | হনুবী হায়বা হনুবী। |
| আশা | :- | তোম্বা নঙনা ঙাংঙিবদুবো করিনো ? |
| থাবল্লৈ | :- | নঙগুম্বনসু ঐঙোন্দা হনুবী হায়বা ? |

তোম্বা :- নঙবু হনুবী নংত্রবদি লৈশাবীরা ?

থাবল্লৈ :- কুমার নঙ হৌজিক করি য়েংই। মসিগী চিঙ্খিবা অঙাংসি ফুরোলাওনে।

কুমার :- (য়াম্না লীংনা ) ময়াম নীংথি নীংথিনা, ফজ ফজনা ঙাংনবীয়ু, কা হেনবা ব্রাহৈ শিজিন্নবীগনু।

ইবোহল :- (পাখৎনা) চুম্মী ইবুংঙো। তোম্বা নঙ ব্রা ঙাংগনু । অদুগা ময়ামসু ব্রারৌবীগনু। ঐখোয় মশেল তুংদা কায়নবসু য়ারোই। ঐখোয় মশেল নীংথিজনা খন্নরগা য়ানবা অমা পুরক্লবা তৌসি।

থাবল্লৈ :- ইবুংঙোনা য়ানবা হায়ববু করিনো ? ঐনা ইরেঞ্জনা ইচানুপী পুজখ্রগে হায়ববু করি কায়বগে ?

তোম্বা :- (শাওনা) কায় য়াম্না কায়।

আশা :- তোম্বা।

তোম্বা :- য়ুমগী মৌনি হায়দুনা পুরক্লবা নুপীবু মমা লাকঅগা হেক্তা পুদুনা চৎখি হায়বসি ঐখোয় ইমুংগী ইজ্জৎ মাংবনি।

থাবল্লৈ :- মদুদি নখোয়না মাংহঞ্জবনিনা। মীগী মচানুপীবু পাম্মী হায়দুনা হুরাল্লিবা নখোয়নিনে ঐনা ঙকইদি। হুবানবদি মপুনা ফারগা চোপকনি খঙদবরা ?

তোম্বা :- (আশাদা) ইতৈমা, ইতৈমা য়াইমদু কৌথোকপিবকউ , চৎহনখ্রসি।

কুমার :- ঙাংনরিবা ব্রাশি তাবদা য়াম্না ব্রারেদা। মীগী মচানুপীবু চেনগনি হায়দুনা চেল্লগা চৎহনখ্রসি হায়বা ব্রাসি নাতৈ চানরোইকো।

তোম্বা :- করিনো সোমনা হায়বিরিসিবো ? পুজখ্রগে হাযবগী চৎহনখ্রসি হায়বনি , মসিবু করি কায়বগে ?

কুমার :- ব্রা ঙাংবদা যাম্না লীংনগুমসি , ঐ কুমারনি ভাব তবীয়ু।

তোম্বা :- (মুকঅগা) ঐসু তোম্বানি খংজিনবীয়ু। ঐখোয় থীন্দোক

থানজিন তান্নি, লাকইঙেদা পুখীগ্রো ।

ইবোহল :- আশা নুপীমচাদু কৌখোরকউ ।

আশা :- করিনো মোইতামোনা হায়বীরিসিবো ?

ইবোহল :- ময়াম লাকইঙেসিদা পুন্ত্রসনু ।

কুমার :- মদু য়ারোইদা, মদু ব্রা য়াম্না কায়নগদবা থবক্নি ।

ইবোহল :- ময়াম্না পাম্বীরিবসি করিনো ঐ ভাব তাদ্রে ?

আশা :- ময়াম ঐ করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে। নুপী চেনবা হয়বসি লৈবাক্না তৌনদবা থবকসু নত্তে। মসিদি ঐখোয় মশেল খৎন-লাওনবগী মহুক্তা য়ানা য়ানবা তরেৎ-তরা থোক্লা খন্নরগা লুহোংনবা তৌবিয়ু ।

থাবল্লে :- ইবেম্মবু কনা ওইবীরবনো ? য়াম্না ঞান তাবা শাদুনা ঙাংঙিবা ইবেম্মবু কনানো ?

তোম্বা :- ঐ তাকপিগে মুন্না তাউ, নঙগী নচানুপী চেল্লকইবা Engineer সাহেবতো মদুগী মমাগুম্বী মতৈমনি ভাব তারবরা ? হনুবীবু করি লমদগীনো ? হনুবীগী ব্রাঙাংদো মীরক তীন্দবগী ব্রাঙাংনি ।

থাবল্লে :- করি ? (লতা থোরকই)

লতা :- ইমা ।

থবল্লে :- (লতাদা) হায় নঙ সিদা কৈদৌরি ?

(লতাগী মনাক্তা চংশিল্লি, তোম্বনা লম্বী থৎলি)

তোম্বা :- নুপী মব্রা হংবদি খরা লাপ্তক লৈরগা হংগদবা ।

থাবল্লে :- হায় চৎসি লাও, য়ুমসি মীরক তীন্দবী ঐগুম্বীগী ইচানা লৈবা য়াবা মফম নত্তে খংঙবরা ? নত্তে নঙবু নমাইদো করিমত্তা ইকাইদ্রবরা ?

লতা :- ইমা, ঐহাক পীক্ত পীক্লিবা অঙাং অমসু নত্রে, ঐহাক ইশানা য়ানা, ইখোংনা থোংনা নুপা অসিগী মতুং ইন্দুনা য়ুমসিদা লাকখিবনি ।

তোম্বা :- (কল্লক পেল্লা) কমদৌই ?

থাবল্লৈ :- হয়ে হবে, ইমাগী ইবেম্মা, ইমাদি মাংজরেদনা (কপ্পী) ইগানুপীসে অসুম হায়না তৌরম্বা নত্তেনে, মখোয় ময়াম চংদুনা ইচাসে শেমজিনবীখ্রবনে, মাংঙেদনা তৌরিসিদি। কুমার ইনেবু করি ওইরসিগেনে ?

তোম্বা :- য়ারবদি য়ুমদা লেংঙগা কপপীরুরোবা।

থাবল্লৈ :- (কপ্পা তোক্তুনা শাওনা ) নুপীমচা নঙ ইমাগী মায় খজিক্ত ফাওবা ঙাক্ত্রবনিনে ? নঙ ইচা নংত্রবনি, নঙনা শিবদা ইমা চংঙকঅরোইদবনি, ঐ শিবদসু নঙ চংঙক্কনুকো ! কুমার চৎসি লাকও।

(থোকখিগে তৌই)

তোম্বা :- হায় হনুবী, অউনপোৎ লৈত্রগা লৈতে হায়য়ু - করিগীনো লুহোংদনবা শাওশিন্নরগা চংকে তৌরিদি ?

থাবল্লৈ :- মসিগী চীঙ্খিবা অঙাংসিদা হাৎলগেদা-

(ফুগদবগী তান্নে, তোম্বা চেল্লি, কুমারনা লীঁচে থাঙ্গৎলি, তোম্বনা ইন্তুরম্মগা চেনশিনখি।)

(মৈ মুৎখি )

# অহুমশুবা উৎপা

মফম :- হান্নগী অদুমক

মতম :- অযুক অঙনবা

আশা :- (মনুংদা) তোম্বা, তোম্বা, কবিনোনে নঙনা তৌবিসিবো ? হৌগৎলোনে। পুং ৭.৩০ তাবাফাওবা তুম্মিসিবু নশাদু পুম্মনিনে। হৌগৎলো, হৌগৎলোমী তোম্বা নঙবো।

তোম্বা :- (মনুংদা) তনগ্রে, পংহৌদা হৌদোকই।

আশা :- (মনুংদা) যাহৌ থেংঙগা নশা ফবা হৌনদেনে। (আশা সনাবুন অমা পাযদুনা থোবকই, মপান্দা থোকখি, তোম্বা মমিৎ ফাকলি ফাক্লি, ফিজাও অমা ইল্লগা থোবকই।

তোম্বা :- (মতোমতা) মীনা নুংঙাইনা তুমজবগা হৌগৎলু হৌগৎলু, নুংঙাইদৌনা । তুমখিগেদা।

(সোফাদা ফমথৈ, লতা মশম মনা ইফা ফানা থাবকই, dressing table মনাক্তা ফম্মগা মশম হাৎলি, তোম্বনা মুন্না য়েংই, আশা ঈশিং সনাবুন পুদুনা চংঙকই, ইমুংদা পুশিন্দুনা চংখি । তোম্বা সোফাদা হীপথৈ )

(লাওনা) ইতৈমা ইবেম্মা, মীনা যাহৌ থেংজবসু নমকৌ

নমকৌ কৌদুনা হেক মহৌদোকপিবা, মসিবু করি ধর্ম্মনো ? ঐদি চাক থোংগদবসু লৈতে, য়াহৌ থেংজববু করি কায়বগে ? ইতৈমা ইবেম্মনদি য়াহৌ ঙন্তা হৌরগা থবক ফরিবনি হায়দুনা ঋাইরম শিংপা, তৈবা, কোল লিক ফেংবগী মখোন্না ননাওগী তুম্বা থুগায়বীরিবা, মসিনা ইতৈমা ইবেম্মগী করম্বা নুংঙাইতবা লৈবগী লমননো ?

(লতানা তোম্বদা মুন্না য়েংই , অমুক লৈথোকখি মশম হাংলি)

মীনা হকচাং ঙমদদুনা হিপচববু করিগী disturb তৌবীবা ?

লতা :- (শাওনা) নঙনা ঙসাইদগী ঙাংঙিবসি কনাদনো ?

তোম্বা :- (কোয়য়েং য়েংঙগা) হৈমা । ঐখোয় ইতৈমদি ? ঐদি ঙসাইদগী ঐখোয় ইতৈমা লৈরি হায়দুনা ঙাংঙিবনি , অদুগদি মাদি কদায় চংখ্রবা ?

লতা :- ঐঙোন্দা করেম কাথায়নগনুকো অঙাং। ঐসে নখোয়না করেম কথায়নবা য়াবা মীশক নত্তে শংঙু । তুমনিংঙে তুমগনি, হৌগৎনিংঙে হৌগৎকনি, মসিদা নখোয়না য়েংশিনবগী দরকার লৈতে।

তোম্বা :- ঐদি ইতৈমা য়াইমদা করিসু হায়জদে। ঐদি ঐখোয় ইতৈমদা ঋাকৎচবনি।

লতা :- নঙগী ঋাকৎপদু ঐগী ইম্মাংদদি য়াদে খংলবরা ?

(শাওনা ফেৎ হায়দোক্লুনা চংখি)

(তোম্বা সোফাদগী হৌগৎলগা তেবল অঋাংবা মনাক্তা চংই, চৌকিদা ফম্মী তেবল থিল্লগা ঈশৈ শকই )

তোম্বা :- য়াহৌ থেংবীগী নুপা

ওইদৌ শককপুদি
থবক শুনিংদবীগী নুপা
ওইদৌ শককপুদি
হা য়ুম কৌবদা পানজরোই (২)

(আশা থোবকই, তোম্বদা মুন্না য়েংই )

আশা :- ঈশৈ শক্তু না অমুক লৈবে। নঙবু নচিন নয়া শেংদোকঅবো লাকওনে। স্কুল কাবা মতমদি ওইবকঅনি। নঙশে মতা অমা তৌবকএ হায,নঙ মথোং অমা চাবোইদৌবি।

তোম্বা :- মীনা মোন্দা নুংঙাইবিঙৈদা Disturb অমুক তৌবকঅদৌনি।

আশা :- মোন্দা নুংঙাইগে হাযববসু কোন্না নুংঙাইযু,নচিন নযাদু হান্না অমুক্তং শেংদোকঅখো। হৌগৎলু ফিজাওসিমগা। (চিংখৎলি)

তোম্বা :- (হৌগৎলগা ) তুম্মে হৌদোকই, ঈশৈ শকই মশাওই, ওম্থোক্না যেৎথ্রপোৎনি।

(চংখি)

আশা :- মসিগী অঙাংসিবু কবি লাইনা শাবিগবা ?

(ইবোহল চংঙকই)

ইবোহল :- ইবোযাইমদুবু হৌগৎখ্রববা?

আশা :- মাদি কদাযদনো থবক মফম অমা যেংঙুগদবনি হায়দুনা ঠিকাদব অমগা চৎমিন্নখ্রে।

ইবোহল :- ইবোতোম্বীগীদুবু পবিক্ষাগী ফোর্ম ফিল অপ তৌবগীনে, কবিনে লুপা ৫০০ খক থাবকউ হাযবদু ঐনা ইবোয়াইমদা খবা পীযু হাযখিবনি। ঙসিদি থাবীথ্রসিবা খনবনি। ননাওনুপীদগা শিন্নবমগদ্রা, অমুক্তং হংগেবা ?

(আশা লতাগী কাদা চংখি,

ই'বোহল সোফাদা ফমখে, আশা খোরকই )

আশা :- ইনাওদদি শিন্নরমদে হায়।

ইবোহল :- ফরে অদুদি মা লাকঅগা হংঙশি।

আশা :- ইবোতোম্বীগীদবু ফনা কুইরবদায়নে চিঠি ইরকখিবা হৌজিক ফাওবা থাবীরমদ্রিবা ব্রা ওইরে ?

ইবোহল :- ঐনা ইবোয়াইমদা হায়খিবসু কুইরবনি, মাসু কাওথোকউরমাল্লে। ঐনা ঙারাং হংবদা পৈশাদু লৈরে ঐবু থাবিখ্রো হায়বনি। মাসু হন্দক মবকসি থবকসু খরা চীল্লমাল্লে।

আশা :- মানা হোরেল অমুক থেংনা লাকঅর্বদি কমদৌবা হয়েং অমুক য়ৌনরনিদো।

ইবোহল :- মঙোন্দগী লৌবগা অমুক চঞ্জিন্নবা মাম্মখোয়দা হংঙুরসিরা ?

আশা :- হংবিরুরো,থীহ্রবদি অঙাংগীদু পরিক্ষা থাবা য়াদ্রেগা অমুক হায়রক্লবদি -

ইবোহল :- (হৌগৎলগা) ফরে, ঐ মাম্মখোয়দা হংঙুখিগে ।

আশা :- চাক্তি লোয়গদৌরে চারগা চৎপিরগেরা ?

ইবোহল :- কোন্না চারগে।

(ইবোহল থোকখিগে তৌই, থাবল্লে চংঙকই )

ইনে লেংবীরকইবরা ?

থাবল্লে :- ইবুংঙো, স্কুল চৎকদৌরিবরা ?

ইবোহল :- নচচদে, ঐ অশ্বাইফাওবদা থবক অমত্তা চৎচরুগে।

থাবল্লে :- চৎলু চৎলু।(ইবোহল থোকখি)

(আশাদা) ইবেম্মা ননাওদুবু লৈবরা ?

আশা :- ইনে, মশা ঙমদে হায়দুনা হিক্সীমাল্লে,মনুংদনা নুংঙাইরনি, লেংশিনবিয়ু।

(থাবল্লৈ ইমুংদা চংগে তৌই, লতা থোরকই )

থাবল্লৈ :- (ঙঙ্কা) নুপীমচা, করিনো নংনা তৌরিদুনা,নশম ননাগা ইফা ফারদনা।

(চংশিন্দুনা মশম নাহুবী)

আশা :- অদুদি ইনে ঐ চাক লোয়শিন্নবা অমুত্তা হোৎনজরুখিগে ?

থাবল্লৈ :- হোৎনরু হোৎনরু।

(আশা চংখি)

লতা :- ফম্মু ইমা।

(চংশিন্দুনা চৌকিদা ফম্মী, থাবল্লৈসু ফম্মী) ঙসিদি কোক চিকপনা, ঙসাই ঙস্তা হৌগৎলুরবনি, কদায়দগীনো মফম মরাং খংহৌদে কোকসি উরু উরু লৈদুনা হেক ঙাওরকপা।

থাবল্লৈ :- ইবোয়াইমদুবু ডাক্তর অমা কৌহল্লুবা য়াদবরা ?

লতা :- কদায়দগীনোদা ঈমুংশিদা পৈশাগী নাখোং শানরিঙৈদা ডাক্তর কৌরগা পৈশা পীদবা য়াগদরা ? হিদাক লৈরুদবা য়াগদ্রা ?

থাবল্লৈ :- করিনোনে নংনা হায়রিসিবো ? পৈশা লৈতে হায়দুনবু অনাবা হেনজিনহনগদ্রা ? করিনো অঙাওবীদৌনা - লৈত্রবসু পুরুরগরা কৈনো পীবা তারে।

লতা :- (শোহ্যাংননা, কোইরুপ কোইরুপ য়েংঙগা ) পৈশা লৈতবগী নত্তেনে ইমা নঙবো। করিনো ওহ্যোক্কা ভাব তাখিদ্রে। ইনাওনুপা অমা মপান্দা লাইবিক তমদুনা লৈখ্রিয়ে। মঙোন্দা থাখিনবা পৈশা ইতৈনা ঐখোয়দা ঙারকইয়ে।

থাবল্লৈ :- ইহে হে, ঐদি ভাব তারুদ্রেদনা। হোইনে হোইনে ননাওনুপা অমা লৈরিনে। ঐদি মশকসু খংদে,

লোয়রক্কদবনা কয়াম কুইনা ঝাংলিবা ?

লতা :- ফানা য়াম্না ঝাংলমখিনি।

থাবল্লে :- হায়রিসিনদি ফনা য়াম্না ঝাংলিনে।

লতা :- ঝাংলি ঝাংলি। হৌখিবা চহি ২সিসু ঐখোয়নদা থাদুনা ঙাক লাকইবনি। থা অমত্তা ওইরবসু মখোয়সু থাবা ময়াইদনা, মদুসু নত্তে, লৈরবসু লৈতে হায়বসি মঙায়রে। ঐখোয়দনা অত্তায়ীদৌনা, পৈশা অদুক য়াম্নবু কনানা পুবা থাংবা ঙমগনেগে। মসিমক্তদা মোইতামোয়াইমনদি মনাওনুপাগী পৈশা থাখিনবনি ইঁতৈদা পীখো হায়দুনা পৈশা শিন্নরম্মীবনি। ঐনা নুংশিদদনা পীদবা।

থাবল্লে :- হোইদা, মখোয়দগী করিবু কান্ননি হায়দুনা মখোয়গীদমক ঝাজরুগদগে ? ইবেম্মা হৌজিকসিদিনে হৈনদা চৎখ্রো হায়সিঙায়রে।(শোল্লাংননা) নুপীমচা, ইবোয়াইমসে য়ুমসিদা লৈরবদি মী ওইররোই ঐখোয়গী আদা পুরক্লবা হোৎনৌ খংঙবরা ? পংগনু -

লতা :- ঐসু খল্লিবনি ইমা। ইমানা লাকপবু করি হায়গে হায়দুনা লাকপনো ?

থাবল্লে :- (কোয়য়েং য়েংঙগা) ঐনা লাকইসিবুরো নংগী লনাইগী পৈশাগা লৈরবদি লুপা ১০০০ অমখক্তা পীয়ু হায়গে হায়দুনা লাকইবনি ।

লতা :- ইমাদি পৈশাদুনা কৈদৌদোরিবা ?

থাবল্লে :- মরম হংঙক্কনু, থা অমগী মনুংদা হঞ্জিনবীনি ।

লতা :- মরমদু ঐসু খঙগে হায়বা।

থাবল্লে :- খংঙুনু, কোন্না খংঙক্কদবা মরৈরে। পীদা পীয়ু, ইমানা শেন্দোয় হাপ্পীনি।

লতা :- সনা শাসিরা হায়দুনা পৈশা খরবুদি লৈ অদুদা অমুক

মাংদননে ইমা ?

থাবল্লে :- মাংহল্লোয় হায়মী নুপীমচা নঙবো।

লতা :- মাংঙদি ঐদি য়ারোইদবনি।

(লতা ইমুংদা চংখি, তোম্বা থোরকই, তেবল মথক্তগী লাইরিকশিংদু খদোক খঞ্জিন তৌই, লতা ইমুংদগী পৈশা পুদুনা থোরকই, তোম্বা উবদা পৈশাদু তুংলোমদা লোৎশিল্লি)

(থাবল্লেদা) থীদোকঅগে লাকও ইমা ।

(লতা, থাবল্লে থোকখি,আশা চা পুদুনা থোরকই)

আশা :- তোম্বা, ইনেখোয়দি।

তোম্বা :- চৎখ্রে, ইতৈমা য়াইমদুসু ঐ উবদগী করিনোমা লোৎশিল্লগা পুথোকখিবনি।

আশা :- ব্বারেম থৌরেম তৌরনু , চাক চাথোকঅরো লাকও স্কুল কাবা থেংখিনি ।

(লতা চংঙকই)

ইনাও চাক লোয়রে, চাথোকঅবো লাকও।

লাতা :- চানিংদ্রি, ঐ ঙায়হাক লৈরগা চাগে।

আশা :- কোল্লিক ব্বাইরম শেংবদি মান্নররোইদো

(চংখিগে তৌই)

লতা :- (শাওবংননা) ইয়ানা চাবা লুখাক্তুদি ঐ অদুম শেংজগে।

আশা :- ওম্থোকপনিদা নঙনা ইচেবু লান্না লৌরে।

লতা :- ইচেগী ব্বাঙাংনা নত্রো ? হকচাংসি কয়া নুংঙাইতে হায়দুনা ঙায়হাক লৈরগা চাগে হায়বসিবু কয়াম কাযরবগে ? ইয়ানা চাবা লুখাক্তুদি ইচেদা শেংবীয়ুদি হায়জখিদেনা। ইচেনা কোল্লিক ব্বাইরম শেংবদি মান্নরবোই হায়বসিবু কবি ব্বাঙাংনো ? ইচেনা অদুম

হায়না তৈরবদি লৈমিন্নবদা বেরা য়াম্না লাক্কদৌরি।

আশা :- ইবেম্মা ইচেম্না হায়রুবদি ইচম চম্না ইনাওনা হকচাং ঙমদবদুদা কোনফেং ব্রাইফেংদু ইচেম্না পুন্না তৌহৌরবদি ফগদ্রা খন্দুনা হায়রুবনি। অদুবু হায়রুবা ঐনা লাল্লে, ব্রাফমসি শ্বাইদা তেনশিল্লসি।

লতা :- তেনশিনবা য়ারোই, ব্রাদি ঙাংনরিঁঙৈদা ময়েক শেংনহৌবনা ফৈ। ঐখোয়না ইচেখোয়দা য়াম্না য়েংশিনবা ওইনা থোকঅগনা মোইতামোয়াইমগা ঐগা তোঙান্না হেক্তা খায়দোকচখিগে শেংনা হেক্তা হায়বীয়ু।

(আশা ব্রা ঙাংদনা চংখি)

ইমুংসিগী মীশিংসে লৈমিন্নবদা ওন্থোক্লা নুংঙাইরোইদৌরি।

তোম্বা :- ইঁতৈমা য়াইমগী ব্রাশিবু করম হায়ন তৌবজাংনো ?

লতা :- অঙাং নঙনা খংপোৎ নত্তে, তুমিন্না লৈয়ু ।

তোম্বা :- খঙদদনবু হংঙিবনি, খঙঙবদি কেদৌবৈ হংজরুনি।

লতা :- তুমিন লৈয়ু ব্রা মখা তারক্কনু।

তোম্বা :- তানিনে ঐদি, ইঁতৈমা য়াইমানা পাম্বিরিসিবু করিনো ? শাওবা মরম চাদে হান্নগী মলোম মাল্লি।

লতা :- নখোয় ময়ামগী মথি মকুম পুবা ঙমজদ্রে, তোঙান চারগে, ভাব তারবরা ?

তোম্বা :- তোঙান চানিংবগী ব্রা ওইরবদি খংদ্রে, অদুগা ঐখোয়গী মথি মকুম পুই হায়বদুমদি হায়বীগনু। ইঁতৈমা য়াইমনা য়ুমসিদা লাকঙৈদগী করিবু তৌরবগেনে ? চাক থোংবদি লাইরদনা নোংমতব, ইমুংসিগী ব্রাই শিংপিখিবরা ? নোংমতা পুং ৭ তাদ্রিঁঙৈদা য়াহৌবীদুনা ইমুংগীনি হায়দুনা করিবু তৌবীব্রবগে ?

লতা :- কৈদৌবে তৌদোয়নো ? ঐবু নখোয়গী মীনাইরা ? ঐনা

যুমশিন্দা লাকইবসে নখোয় ময়ামগী মীনাই ওইগে হায়দুনা লাকপা নত্তে, ভাব তারবরা ? তৌকমসু থোক্তে।

তোম্বা :- য়ুমগী মৌ অমা ওইরগা শুনিংদ্রগা ইকাইগেদি হায়দ্রদনা অচুম্বা শাদুনা ঙাংঙিনে। মৌ অমা ওইরগা চাক থোংঙমদায়দা নাশিন্নবা, চাক চারমদায়দানা নাবা ফবা, কোন ফেংঙমদায়দনা কোক চিকপা , হা হা হা (কন্না নোকই)

(আশা থোরকই)

আশা :- তোম্বা, নঙবু চাকসি চাথোকঅরো লাকওনে।

তোম্বা :- চাক্কা অমত্তা চারোই , মী খৎনখিনি।

আশা :- থোক মোক তৌনু লাকওকো (চংখি)

তোম্বা :- মমা ফত্তেনে, মমা হীংচাবীদুনা পোকপা মচানবু হীংচাবী চংঙমদবা হৌনদে।

লতা :- হায় অঙাং চীম্বিবা,ঐগী ইমাবু নঙনা হীংচাবীনি হায়বদি - ঐখোয় ইমানা নখোয় নপা চীকঅববা ?

তোম্বা :- মসিগী হীংচাবীসি মীগী মপাগা পল্লিনে। হায় হীংচাবী - খুকউ পায়গে। (খুকউ পায়)

লতা :- নঙনা নখুকউ পায়রিদুবু ঐনা নোই নপা চারবরনহে ?

তোম্বা :- ঐখোয় ইপাবুদি চাদে হায়ববু ঐখোয় ইমুংগী মী মখেদি নঙনা শায়দৌরে। পামুখরেদা ঐখোয় তামোয়াইমসে।

লতা :- করি হায়বা ! নয়াম্বসিনা তাল্লগা নখোয় ময়াম্না ফমজা চারিবদুদুম ইকাইয়ু।

তোম্বা :- ঐখোয় তামোয়াইমনা তলব চারিসিবু হেক পোক্লকপদগী চাদুনা অদুম পোক্লকপোই নিংবীরুরবরা ? তামোচৌখোয় ইতৈমখোয়না য়াম্না ব্বানা হোৎনরকপ্রপোৎনি। নঙনা ঙরাং নহান্দা লাকঅগা অফাওবা শারবদি য়ারোই

খংঙবরা ? ঐনা তমোয়াইমা নত্তদনা তৌবনি, ঐনা তামোয়াইমগা ওইরমল্লবদি লীচৈ মরু ফজখ্রবদুনা ময়াংলেন্দুদা শাম্বরমগদবনি।

লতা :- করি ! করি হায়বা ? নঙগুম্বনসু ঐঙোন্দা -

(লতা চংশিনগে তৌই, আশা থোরকই)

আশা :- তোম্বা,করিনো নঙনা তৌরিবসে ? করিনোমি ? চাক চাথোকউরো চংলু -স্কুল কাবা থেংখিরোইদবা নঙ - লম ইহেন হেল্লদনা।

(খুৎপাক্লা মনঙন্দা থায়, ইন্দুনা পুশিনখি)

লতা :- (মতোমতা) ইমুংশি লৈবা য়াম্না নুংঙাইরোইদৌবি - মীশিংসে মীচং শঙ্গন য়াম্না নাযনখ্রে।

(ইবোয়াইমা চংঙকই)

ইবোয়াইমা :- করিনো নঙনা চবেং চবেং ঙাংঙিদুনা ?

লতা :- ব্রা য়াম্না লৈ , ঐসু খাঙগে হায়দুনা খাঙবনি, খাঙবা যারোইদৌরি।

ইবোয়াইমা :- ঙাংগনু তানিংদে।

(সোফাদা ফম্মী)

লতা :- তানিংঙোয়য়ে, ঐখোয়না ঙাংবদি তানিংবা হৌনদে। ইমুংসিগী মীশিংসে অমত্তনি, ঐদনি তোঙান তাবিবা।

(আশা থোরকই )

আশা :- ইবোয়াইমা, নঙবু চাক চারদবা ?

ইবোয়াইমা :- চারনি ইতৈমা, ওফিসতা অমুক চংকদবনি। ঐখোয় তামোচৌবু লৈরিবরা ?

আশা :- ইহে, নঙবু ইবোতোম্বীগী পৈশা হায়বদু কমদৌববা ?

(লতা চংখি)

নঙনা থুনা হল্লককনি খংদবনিনা মাম্মখোয়দা হংঙুনি হায়দুনা চংখি। ফংঙমগদ্রা ফংঙম্মোইদ্রা খংদ্রে।

ইবোয়াইমা :- পৈশাদুদি ঐনা লতাদা শিন্নরম্বনিনে।

আশা :- অদুম হায়না তৌরমগনি হায়বদি খংদবনিনা - কোন্না ঙাংনরসি, লাকও লাকও চাক চাথোকঅরো।

(আশা চংখি)

ইবোয়াইমা :- লাকচরগে। (লাওনা) লতা, লতা (লতা থোরকই, তোন্বা থোরকঅগা তেবল মথক্তগী লাইরিক পুরগা থোকখি, লতাদা ঐনা নঙোন্দা শিন্নরম্বা পৈশাদু খরা পুথোরকউ।

(লতা তুমিন্না লৈ )

উংদুনা অমুক লৈরে, পুথোরক ও ॥

লতা :- পৈশা লৈত্রে।

ইবোয়াইমা :- কদায় চংশ্রবা ?

লতা :- নোংমা নিনি ঙায়নবা য়াগদবোই নিংদুনা ইমাদা পীথোকখ্রে।

ইবোয়াইমা :- ঐনা নঙোন্দা অঙাংগী পরিক্ষগী Form fill up তৌবা নংননবা থাখিগদবনি তামোদা শিন্নখো হায়দুনা অদুক লুনা হায়বম্বদবু নোংমা নিনি ঙায়নবা য়াগদবোই নিংই হায়বা !!

(লতাদা মুন্না য়েংই)

নঙ-নঙ নুপীনিকো। অদু য়ৌনা পীকপা নঙগী থম্মোই। নঙনা ইচিন ইনাওগী নুংশিনবা মাংহনগদৌরি। ইনাও অমগী মতম কুইনা হোৎনজরকপগী মহৈ মাংহনগদৌরি। লতা, নঙগী ঙসিগী ৱাঙাংশিংসিনা ঐবু ৱাখল খলহল্লি।

লতা মোইতামোয়াইমস্, ভাব খরা খরা তাবিরোদা। ঐখোয়না মখোয়গীদমক হোৎনবা, মখোয়গীদি কান্নখিনি, ওফিসার ওইদুনা নুংঙাইখিনি। মখোয়না হয়েং

নুংঙাইবগা ঐখোয়না মখোয়গীদমক হোৎনখিবা পীখিবা শেল কৈদৌঙেদসু হপ্পিনবীরকওই । ঐখোয়দনা মাংজগদবনি ।

ইবোয়াইমা :- (লতাদা মুন্না য়েংই) নঙ চৎলো, নঙ য়ুমসিদা লৈরনু চৎলো । (লাওনা) চৎখ্রো চৎলো, পুকচেল পীকপা, মশাগীতা খনবা, মী অমা ওইরগা মীগী ব্রাখল খন্দবা, শাগী লৈফম নত্তে চৎখ্রো চৎলো ।

লতা :- চৎখিনি, য়ুমগী নুপীনি হায়দুনা পুবিরকঅগা য়ুমগী নুপী অমা ওইবগী ব্যাবহারসু থম্বীদবা, চৎখিনি ।

(চৎখি)

ইবোয়াইমা :- চৎখো,হৌজিকমক চৎখো ।

(আশা থোরকই )

আশা :- করিনো ইবোয়াইমা নঙনা হায়রিবদুবো ? মদু হৌনদে ।

ইবোয়াইমা :- ইতৈমা মহাক চৎখ্রসনু । মহাক মীনা লৈমিন্নবা ঙম্বা মী নত্তে , শানি ।

আশা :- মদু হৌনদবা ব্রাঙাংনি । মহাক্না ভাব তাদবা লৈববসু নহাক্না তাকপিগদবনি ।

(লতা Bag অমা পায়দুনা থোরকই, আশানা মশা ফায়)

ইনাও, নঙ চৎখিবা য়াবোই, মহাক্না শাওরবসু নহাক্না হম্পগদবনি ,ইমুংদা চংসিসে ।

লতা :- (কপ্পা) ইচে,ঐ চৎখিনি । ঐবু মানা য়াম্না থীনা থীনা হাম্নবসে ঐ য়াম্না শাওনিংই , ঐ থব্রাই য়াম্না নুংঙাইতে । ঐবু ফাবিগনু ।

আশা :- ইমুংদা চংঙসিসে , মীনা উরগা ফজদে , চংঙসিসে ।

ইবোয়াইমা :- ইতৈমা , থাদোকপিখো । মদু মী নত্তে হীংচাবীনি । মানা ইমুংশিগী মী খুদিংমক চাগদৌরি , ঐবু হাংকদৌরি ।

লতা :- মান্নি ঐ হীংচাবীনি। ইচে ঐবু থাদোকপীয়ু ঐ চৎখিগে, মানা ঐবু য়াম্মা লাকচ লাকচনা হায়বসি ঐ খাঙবা ঙমদ্রে।

ইবোয়াইমা :- নঙ নমাদুগী মচানিনে, নঙগী নমাদু অফবা নুপী ওইরবোই নীংবরা ?

লতা :- ঐবু ফত্তে হায়বদি হায়বীয়ু মরাল লৈজদবী ইমাবুদি চৈবীগনু।

ইবোয়াইমা :- চৈনী, নঙসু নমাদুগী পুকচেল চেনবীনি চৎখ্রো চৎলু।

(ইবোহল চংঙকই)

ইবোহল :- ইবোয়াইমা, করিনো নঙনা তৌবিবসে ? নঙবু ইকাইবা খংদ্রববা ? নখোয়না খৎনবদি লাইরি, মীনা তাখ্রগা ঐখোয়বু করিনি হায়খিগদগে ? (লতাদা) নুপীমচা, নঙসু ইমুংদা চংঙু, নুপানা শাওরে হায়দুনা নঙসু হেক্তা শাওগদবা নত্তে। পঙগনু ইমুংদা চংঙু।

(আশা লাতা পুদুনা চংখি, ইবোহল সোফাদা ফমথৈ, )

ইবোযাইমা :- তামোচৌ, মহাক চৎখিসনু, মহাক্না ঐবু নোংমদি শোয়দনা হাৎলখিগদৌরিবনি।

ইবোহল :- ইবোয়াইমা নঙ অঙাং নত্রবনি, ঐনা নঙোন্দা অমুক তাকনিংঙায় লৈত্রবনি। অশাওবনা তাইবং মীওইবা ঐখোয়দা কয়ামুক য়াম্না মাঙ তাকহনবগে হায়বদু নঙসু খংঙমগনি।

(ইবোহল হৌগৎলগা চংখি, ইবোয়াইমা ঙায়হাক তুমিন্না লেপ্লগা থোকখি, তোম্বা লাইরিক পায়দুনা চংঙকই, তেবলদা থম্মী, চৌকিদা তুমিন্না ফমদুনা লৈ, আশা থোরকই)

আশা :- (তোম্বদা মুন্না য়েংঙগা) কৈদৌরিনো নঙনা তৌরিদুনা ?

কৈদৌরগে ?

তোম্বা :- কৈসু তৌদে।

আশা :- কৈসু তৌদ্রগা তুমিন্না লৈবরা ? কৈদৌরগে শেংনা হাইয়ো।

তোম্বা :- (শাওনা) মীনা কৈসু তৌদে হায়রমক্তদা।

আশা :- নঙবু নহানমখৈগা মান্নদেদা। কানানা করি হায়রকঅগেমী ? হায়য়ু য়াদ্রবনিনা নখোয় তামোচৌদা হায়রুরগেকো।

(চংখিগে তৌই )

তোম্বা :- ঐখোয় ইতৈমগী হৌনবী ফরক তৌরকঅদৌবনি ।

আশা :- করিগী ফবক্লো ?

তোম্বা :- খোয়দৌগাসে ব্রী ব্রী পাখৎলকই, মীনা কবিসু তৌদে হায়রমক্তদা করিনো।

আশা :- ফরে ফবে নঙনা যাদ্রবনিনা ইবান্নি কৌনররোইসিকো ?

(চংখি)

তোম্বা :- (মতোমতা) করি নুপীনোনে মসিবো ? মীনা তুমিন্না ফম্বসু য়াদে, লাও খোঙদুনা লৈয়ু হায়রিমাল্লেনে।

(লাওনা) হো ঐ কৈসু তৌদেয়ে।

(ইবোহল ফিংনা থোরকই)

ইবোহল :- করিনো তোম্বা নঙনা লাওরিদুনা ? অঙাও অফেদৌনা তুমিন লৈয়ু।

তোম্বা :- ইতৈমনা তুমিন লৈরি করিগীনো হায়য়ে অদুগী লাওরিবা।

ইবোহল :- ইঙাও ঙাওশিন্নরদনা।

(তেবলদগী অনোক লৌরগা চংখি )

তোম্বা :- (মতোমতা) করিনোনে তৌরিসিবো ? তুমিন্না লৈ য়াদে, লাওই, লাওগনু তুমিন লৈয়ু মহায়, করিনো ঐনা

তৌগদৌরিসিবো ?

(ইমুংদা চংখি)

(stage মমশিল্লকই, আশা লাই ধুপ কৎলম্মগা চংখি, ইবোয়াইমা য়াম্না নুংঙাইতনা চংঙকই, সোফাদা ফম্মী, খাঙবা ঙমদবগী মতৌ উৎলি, লতা থোরকই, ইবোয়াইমগী মতুংদা লেপ্লী।)

লতা :- মোইতামোয়াইমনা অদুক য়াম্না শাওবিরিদুবু করিগীনো ? ঐনা কয়ামুক য়াম্না লানখ্রবগে ?

ইবোয়াইমা :- লতা, তুমিন্না লৈরো, মখা তারকঅনু, ঐবু অমুক শাওহল্লনু।

লতা :- ইরাল লৈজদবা ঐবু ইরাল লৈ হায়জিনবীরগা হেক্তা তুমিন্না লৈথোকপদি ঐদি য়ানিংদে। ঐনা লাল্লিবসি কদায়দনো শেংনা অমুক্তা হায়বিয়ু।

ইবোয়াইমা :- (শাওনা) লতা -

লতা :- ঐনা ইনাও শিংবু নুংশিদবা, য়াম্না ফত্তবা, ইশাগী ওইজবা য়াম্না তানবা মী ওইনা উবীরুরবরনে মোইতামোয়াইমনা ? মখোয় ময়াম্না ঐখোয়বু করি ওইনা খনবগে হায়বদুদি মোইতামোয়াইমনা খংবীরবরা ? ইনাওগীনি, থাফম থোকপা শেলদু লৈরবসু লৈত্রবসু ঐখোয়না দেশা উপায় তৌদুনা থাননবা হোৎনগনি। থাদবা য়াবরা ? অসুক কুইবসি থাদুনা ঙাক লাকইবা নত্রা ? ঐখোয়দি লৈথোকখ্রবসু য়াবা মখোয়দনা লৈথোকপা ইয়া য়াদবদৌনা নত্তে মখোয় তামোয়াইমসু খন্দুনা য়েংবীয়ু ঐখোয় লৈনা লৈনা ইতৈনা মাম্মখোয়দা চৎলগা পৈশা হংঙুবসিবু ঐখোয়বু য়োনবা নত্রা ? মাম্মখোয়না ঐখোয়বু করি খল্লমগনি ? মখোয়গী মতৌদুদা ঐস শাওনিংদুনা ইমানা পৈশা হংবদা লৈ

হায়দুনা পীথোকখিবনি । ইমুংসিদা মোইতামোয়াইমবু ময়াম্না কবি করি হায়নবগে হায়বদুদি য়ুমদা লৈবীদবনিনা খংবীরিরোইয়ে। ঐদি লোইনা তাইয়ে, লোয়না খংঙি। হুরান্দবা মীদা হুরাল্লি হায়জিনবদা হোই হায়দুনা তুমিন্না লৈবদুদি ঐদি ঙমজবোই। ইচে অসিসু মতৌদবু তুমিন্না লৈবা মানবনি ঙাংথোরকপদদি মীগী থম্মোই শোকপজাৎনি।

ইবোয়াইমা :- ফবে, ব্রা মখা তারনু, তানিংদ্রে।

লতা :- মনাওবু নুংশিদবা হৌনববা ? মখোয়দনা নুংশিবা, ঐখোয়বুনা নুংশিবা মশক খংদবদৌনা - তল্লিদা চৎখ্রগে থীনবীরো।

ইবোয়াইমা :- লতা নঙ ব্রা য়াম্না ঙাংখ্রেদা চৎনিংঙগা চৎখ্রো চৎলো।

লতা :- অসুক থেংঙকানসিদা কীজৈ থীনবীযু।

ইবোয়াইমা :- থীন্দ্রবসু চৎলু , নয়ুমদা অদুক চৎনিংবা নঙনা কিবা খঙবরা ?

লতা :- (ইবোযাইমানা ঙাংবা তাদনা) হুম নোকপু নোকচনিংইনে। অসুক কুইবা ইনাওগীদমককনি হায়দুনা হোৎনখিবা, পৈশা থাখ্রিবা, লাইবিক অদু লৈদবা যাদে লুপা ৫০০/-, থারকউ ৬০০/- থাবকউ হাযরিবমখৈ থাবিবা, অদু পুম্নমক্তুবু করিসু লৈতনা খন্দোকপা ঙম্মীবা, ওন্থোকপা থম্মোইনিদকো। মসি য়ৌনা ব্রানা হোৎনববু ‘হোৎনবীদা’ হায়বা ব্রাহে অমফাওবা হায়বীদবা মসি পুম্নমকসিবু খাংগনিদো হায়দুনা খাংঙিবা অসিনবু হেন্না ঙকখ্রেনে।

ইবোযাইমা :- মাগী মচিল অসি ওন্থোক্লা ঙাংনিংখ্রবোরেদকো।

লতা :- ঙাংনিংই,। হো ইবুংঙো, নঙনা তৌবা থবক অমত্তা ফৈ হায়বীদবা ইমুংশিদা লৈগদৌ শরুক ঐখোয় আদা

লৈরুরসে।

ইবোয়াইমা :- ফুরক্তনা তোক্কনি নঙ।

লতা :- কৈদৌবে ফুদোয়নো ? য়াওং ইনবনা করিনো, ইন্দবনা করিনো য়াবু য়ানরবদি চপ মান্নে। নঙনা তৌবা থবক অমত্তা ফৈ হায়দুনা শিংথানবীদ্রবা ইমুংসিদা লৈরুবগী করিবু কান্নরিবগে ? নত্তে ঐখোয়দা লৈরুসি হায়বিরিবরো ?

ইবোয়াইমা :- (হৌগৎলগা)চগৎ চগৎ ঙাংগনু তানিংদেকো।

লতা :- অশেংবা অমখক্তা হায়বীরম্মো, ওহ্নোক্লা নুপা মাঞ্জখিদ্রে। তৌগে খনবা থবক্তো হেক্তা তৌগদবনি। অল্লে জাল্লে কান্নপোৎ নত্তে।

(ইবোয়াইমা চংখি)

হৈমা ! অমুক্তা হায়বীরম্মো।

(মতোমতা) হেরা, তৌগেদা, মী খরা খংহনগে।

( মৈ মুৎলি )

# INTERMISSION

# অনিশুবা তাঙ্কক

অহানবা উৎপা

মফম :- হান্নগী অদুমক

তোম্বা লাইবিক পাবি, ইবোহল সোফাদা ফমদুনা চা থক্লা থক্লা খবব অমা পাদুনা লৈ।

ইবোহল :- (খবব যেংনা যেংনা) তোম্বা নঙবু ঙবাং নঙগী তামোযাইমগী মনাক্তা চৎলুববা ?

তোম্বা :- চৎলুই, থেংনবক্তে।

ইবোহল :- ননেদুদি নাবা ফহৌববা ?

তোম্বা :- কদাযদগী নাবসু নত্তনা নাশিন্নবগা। তামোযাইমদু মন্ত্র -ষন্ত্র তৌদুনা ফাখ্রবনি, যাওং ইনখ্রদবনি।

ইবোহল :- (নোক্লগা) মীবু হেক্তা ফাবা যাববনে ?

(আশা থোবকই)

(আশাদা ) ইবোযাইমদুবু মনেমবোক্তুনা নাবা ফববদি যুমদা অমুক লাক্তুনা লৈববা য়াদে হাযববা ? মাবু

আদা অদুম লৈরগে হায়রিবরনে ?

আশা :- নাবা ফরগা মরাইনা লাকচনিদা, মী লৈজদবদুদা থাদোকপা হেক য়াদদুনা তৌবা ওইরমগনি।

তোম্বা :- হনুবীদুদি নাদি নাদনা। নাই হায়জিন্নরগা আদা লৈবা য়াননবা মখোয়গী হীংচাবী মমা মচাদুনা থোক তৌরিবনি।

আশা :- অঙাং নঙ নচিন থীমল্লি, মফম মরাং , মথোং মবম খংদনা পংঙাং ঙাংগনু।

তোম্বা :- নাদবা মীবু নাই হায়য়ু হায়রিববা ? ঐখোয় তামোয়াইমদুসু হীংচাবীগী মমা মচাদুনা ফাখ্রবনি । নহালব্রাইদি যুমদগা মরক মরক লাকঅম্মী। হৌজিক্তী য়ুমদগা সুংলাকপু লাকখিদ্রেনে। নাববু থা অহুম মবি ইবোইমুক কনবমখে নাববা ? মব্রা লৌদে।

আশা :- থবক্লা য়াদদনা মতৌবমগনি, নঙনা ভাবনা শাবগা পংঙাং ঙাংবদু তৌগনু।

(ইবোয়াইমা চংঙকই, ব্রা লান অমত্তা ঙাংদনা মাগী কাদা চংখি)

ইবোহল :- ইবোযাইমনা ব্রা লানগা অমত্তা ঙাংদ্রিবসিনা কনাগা কৈদৌনবকঅবনো ?

আশা :- ইহে ! মাগী খুদৈদু ঐনা শুদোকপীবনি, কংবু কংঙম্মদরা ? (থোকখি)

(ইবোয়াইমা এয়াব বেগ অমা পায়দুনা থোরকই )

ইবোহল :- ইবোয়াইমা নঙবু কদায়দা অমুক চংকদৌরিবনো ? অনাবদুনা কমদৌরবা ? খরা ফরবদি অঙাংশিংদু য়ুমদা অমুক পুবীরকওদনা। কৈদৌরগে নঙনা তুমিন্না লৈরিদুবো ? কনাগা করি তৌনবা

য়াওরবগেনে ?

ইবোয়াইমা :- তামোচৌ, ননাও মতম খরা লতাখোয়দা লৈরুখিগে।

ইবোহল :- (ঙক্লা) করি হায়বা !!

তোম্বা :- ইতৈমা য়াইমনা লৈসি হায়বগী লৈদৌ ওইরিনি। য়াওং ইনবা লেম্মনি।

ইবোয়াইমা :- অঙাং নঙ চগৎ চগৎ ঙাংগনু, মসি নঙগী নথৌ নত্তে খংঙবরা ?

তোম্বা :- ইথৌ নত্তে খংই , অদুবু ঐ নুপীনা ঙম্বা আধামোরা অমগী মনাওনি হায়বদি ইকায়।

ইবোয়াইমা :- (শাওনা) করি, নঙনা ঐবু আধামোরা হায়বা...

তোম্বা :- নুপীনা ঙম্বা, নুপীনা হায়রিমখৈ য়াবা, নুপীনা মীনাই ওইনা শিজিন্নবা য়াবা , নুপীনা খুদোম্বীনা থীনবা মাইকৈদা চৎপা নুপাবু অধামোরা কৌই।

ইবোয়াইমা :- মসিগী অঙাংসি মী য়াম্না উশিত্তেনহে।

তোম্বা :- তামোয়াইমা ননাওবু ব্যাবহর কায় হায়বদি হায়বীনু । (মখুদাং তাখৎলি)

ইবোহল :- (শাওনা) তোম্বা করিনো নঙনা ঙসি তৌরিবসে ? (আশা খুদৈ পায়দুনা চংঙকই )

তোম্বা :- তামোচৌ ঐ অঙাংনি, অদুবু অচুম অরান মশক খংদবা অঙাং অমদি নত্তে। করিগীনো লমলানবী নুপী অমগী মব্রা লৌদুনা মচিন মনাওগী নুংশিনবদা খাবৈ খারা শাদুনা থুগায়নবা হোৎনবদা মানা য়ারিসিবো ? মাবু শারো, শানা ওল্লকবা মীরো ?

ইবোয়াইমা :- (শাওনা) তোম্বা।

তোম্বা :- লাওখৎলু, অদুবু তোম্বদি তামোয়াইমগী ধমকাদা চৎকদবা মীদি নত্তে।

(চংশিনগে তৌই , আশানা ফাই)

আশা :- (পাখৎনা) তোম্বা; করিনো নঙনা তৌরিসিবো ?

তোম্বা :- ইতৈমা ননাওবু থাদোকপীয়ু । ঙসিদি ননাও থব্রাই য়াম্না নুংঙাইতে। হীংচাবীগী পুকচেল চেনবী নুপী অমা লৌরুরগা- ময়ামসিবু মচাদা মচাগুম ময়াদা হুক্কদবা চাক চখোম ফাওবা খায়দোক্কুনা ব্রানা য়োকপিরক্রবা ইতৈমা অমদি তামোচৌবু হুন্দোক্লগা হীংচাবীগী মতুং ইনখীগে খনবা, মমা অমত্তগী গর্ভদগী তামিন্নরকপা মচিন মনাও ফাওবা য়েক্লবগুম্না খনবা ঙম্বা শাশি ঙসি মথ্রাই লৌথোক্কে ।

ইবোহল :- তোম্বা নঙ ঙসি মতোয়নরা ?

(ইবোযাইমা থোকখিগে তৌই)

তোম্বা :- কিববরা ? (কপ্লা) ঙসাইমখৈ নথৌনা য়াম্না ফরম্বদাই। হল্লকখো, কবি পাম্মী। Open challenge পাম্ববা, থাঙনা য়ান্নসিরা।

(তাম্বা চংশিনগে তৌই,আশানা খাম্মী)

ইবোযাইমা :- তোম্বা,

(ইবোয়াইমা থোকখি)

তোম্বা :- (লাওনা) ঙায়খো, নুপীনা ঙম্বা আধামোরা।

ইবোহল :- মসি (তোম্বদা খুৎপাক্লা থায ) লম ইহেল হেল্লদনা।

তোম্বা :- (কপ্লা) মখোয়না অসুম হায়না তৌরগা হেক্তা য়াবরনে ?

(তেবলদা মমাই লুকথদুনা কপ্পী)

আশা :- করি ব্রাহৌগীনো তৌবীরিসিবো ?

ইবোহল :- ইবোয়াইমদু মতম খরা ননাওনুপিগীদা লৈরুনি হায়রম্মগা চৎখিবসিবু নঙনা মখোয়দা করি হায়রুরবগে ?

আশা :- (ঙক্লা) করিনোনে হায়বিরিসিবো ?

ইবোহল :- নঙবু মখোয়দা করি হায়রুরবগে ? হায়রমগনি নঙনা শোয়দনা করিনো খরা হায়রমগনি। মদু নত্তনবু মখোয়না যুমসিদা হল্লক্তফম থোক্তে। নঙ মতৈমনি, নঙনা অসুক য়াম্না ভাব তাদ্রিবসি করিগীনো ? মখোয় ননাওনুপা, ননাওনুপী ঙাক্তনি, মখোয়না ফনা যাম্না লাল্লবসু ঐখোয়না ঙাকপিফম থোক্তবরা ?

আশা :- করিনো মোইতামোনা হায়বিরিসিবো ? ঐনা নোংমত্তা মখোযদা অথিবা ৱাহৈদি হায়রুনু কন্না ফাওবা নোংমত্তা য়েংখিদ্রি। মহাক্না ঙসি তৌখ্রিবসি করিনো ? মখোয়গী পেন্দবদু ঐঙোন্দা হায়বদি য়াদববা ?

(কপ্না) মখোয় তামোসু হায়বীয়ু, ঐনা করি লানখি ? ঐনা যুসিদা লাকঙৈদগীবু মখোযগীদমক্তা নত্তনা ইশানা ইশাগী কান্ননবা করিবু তৌখ্রবগে ? মখোযনা লাইরিক তম্মকপদা কবিদা কদায়দা শোয়খিগদগে হাযদুনা ইনাদা যাল্লকপা লৈ, ইঙক্তা শিরকপা লীক ফাওবা কায়থোক্লনা মখোয়গীদমক হোৎনরকপা নত্রা ? অদুগা মখোয়না ঐবু ৱাবৌরি। ইনাওদুনা লাকঙৈদগী ঐনা মঙোন্দা করি থবক অৱাবা শুহনখি ? ঐনা মখোয়গীদমক অদুক ৱানা হোৎনববু মখোয়না ঐঙোন্দা ৱাবৌবিববা। ঐ-ঐ শিখিবনা হেন্না ফরে, ঐ হিংঙুবগী কান্নদ্রে ’।

(মখোল থোক্লা কপ্পী )

ইবোহল :- (নুংঙাইতনা) আশা,

আশা :- (কপ্না) অসুক কুইবসি ঐনা ইশাগীনি হায়দুনা মোইতামোদা শিকি অমা ফানা তানখিবরা ? মখোয় মখোয়গীদমক হোৎনবদা ফুরিৎ ফাওবা অনি শুনা লিৎকে হায়জরব্রুবা মদুগী মহৈনিকো ঙসি ঐনা ফংলিবসে ?

ইবোহল :- আশা, মদুদা নংনা করিগী ৱারৌফম থোকই ? মসি অইবংপানসিগী চৎনবীনি। মমা মপানা মচাশিংগীদমক্তা হোৎনবা মদুমক্তদা মমা মপাবু ৱারৌখিদবা মচা কনা য়াওখি ? মমা মপানা মচাশিংগীদমক্তা হোৎনখিবা পুন্নমক্তু মচাশিংগী মপান চাগে হায়বগীদমক্তি ওইরম্মোইনা। ইমা অমত্তগী গর্ভদগী তামিন্নরকপা ইচিন ইনাও ঙবাং ফাওবদি ইনাও ওইরম্মী । অদুবু ঙসিদি মরোমদোম লেপচবা ঙম্নবনিনা নাইতোম লেপচখিবদা ঐখোয়না করিগী ৱারৌফম থোকই ? মতম অমগী মচিন মনাও ওইবগী প্রেম, মতম অমদা লম্নানবা, সুপ্নগী মবি মতা ওইরক্কনি। আশা, নংনা ননাওশিংগীদমক্তা হোৎনখিবা পুন্নমক্তু মতৈমা অমা ওইবগী নহাক্না তৌফম থোকপনি । মখোয়না মী অমমম ওইবগা নংবু ইনম্বেক্লম্বদা নংনা ৱাবৌফম থোক্তে। যেনবীনা কোনবা ঙানু মচানা মমা শক্লিবী য়েনবীবু হুন্দোক্লম্লগা পুথ্রিদা কুমথদুনা হারাওনা ইরোইদুনা শান্নখিবদা মমা ওইবিবী য়েনবীনা মচাশিং শিরনি খন্দুনা পাখৎচদুনা লৈবাইদা কোয়চেন চেন্দুনা খোঙজবা নত্তনা করি উপায় লৈবি ? মসি সংসারগী চৎনবীনি, ৱাবৌফম লৈতে কপকনু।

(তোম্বদা) তোম্বা, ইয়াম্বা লানথ্রেনহে।

(তোম্বগী মকোক্তা নানবী )

নং ইয়াম্ববু ৱারৌনু।

তোম্বা :- (হৌগৎলগা) তামোচৌ ।

ইবোহল :- তোম্বা, (মনাওবু কোনশিনবী )

(মৈ মুৎলি)

# অনিশুবা তাঙ্কক

## অনিশুবা উৎপা

মফম :- ইবোহলগী য়ুম, হান্নগী অদুমক table cover য়াওদ্রে, dressing table, sofa set লৈত্রে, লীগী sofa ওইনা থাংজিল্লে। ইবোহল থোরকই, কোয়যেং যেংই।

ইবোহল :- ইবোতোম্বী , কদায়দা অমুক চৎখ্রবনোনে ? (আশা থোরকই) ইবোতোম্বীদুবু উদে কদায়দা অমুক চৎখ্রবনোনে ? মানা হেক থোরকপদগী মাগী মশকসি য়েংবা সুকঙম ঙমদ্রবনি। ঐনা উপাই লৈমন্দবসিদা।

বীব :- (মপান্দগী), ইবোহল।

ইবোহল :- মাম্ম

(বীর চঙকই)

(ইবোহল খুরম্মী )

বীর :- (খুরম্বা ওক্নগা) ইবোয়াইমদুবু ঈ ওদুনা ডাক্তরদা পুখত্তুনা লৈ হায়বসিবু চুম্বরনে ?

ইবোহল :- (পাখৎনা) মাম্ম ঐদি তাদেনা।

আশা :- (পাখৎনা) হায়রি ব্রাশিবু ?

বীর :- ঐসু খংদে, নঙগী তাদা বীহারীনা তল্লম্বনি। নখোয় ঐখোয় কনামত্তা মাগী মচাগী Swasti চৎনদবদুদা মথ্বাই নুংঙাইতদনা য়ু পংথক থকঅবরসু খংদরে।

ইবোহল :- ডাক্তরদা পুখৎলবদি মখোয়সু পাউ অমদি তাকপিরকফম থোকই। পাউ তাক্লকপা খুদোং চাদদনা তৌরিবরা ? করম কান্দনি হায়বগে মাম্ম ?

বীব :- মদুসু ঐদি খংদবনি। অদুবু নঙদি ঙায়হাক্তং চৎলগা হংবীরুবদি ফবরা ?

ইবোহল :- মাম্ম, ইবোযাইমদু ইনাওনি, ঐনা মযাম্বনি। চৎকনি মাম্ম, ঐ হৌজিকমক চৎকনি।
(আশাদা) নঙসু চৎকে হায়ববা ?

আশা :- চৎনিংই।

ইবোহল :- লোয়শিল্লুরো অদুদি।

আশা :- অসুম হেক্তা চৎলগে।

ইবোহল :- করিনোনে নঙনা (খংলেপ লেপ্পী)

বীর :- ইবোহল, মম্মা হাল্লম্মগে, নখোয় লাকমিন্নবোকো

ইবোহল :- ফনি মম্মা। (বীর থোকখী) আশা

আশা :- ঐ নোংমা চৎলগে। ফি-রোলসি জুগোৎ চাদ্রে।

ইবোহল :- নঙগীদুবু ঐঙোন্দা ব্রারৌরিবরা ? ব্রারৌফমসু থোকই।

আশা :- করিনো অমুক তাকপিরিবদুবু ? য়ৌথোকপীকরো ঐ হয়েংলা করিনো চৎলগে।

ইবোহ :- ফৈ ফৈ।

(ইবোহল থোকখি, আশা য়েংদুনা লৈহৌই, তোম্বা থোরকই )

আশা :- তোম্বা নঙগী তামোতোম্বীদু কদায়দা লৈবগে খরা য়েংঙকউ।

(আশা চংখি, তোম্বা উংদুনা লেপ্লী, ইবোতোম্বী মকোই মরাং ইচোম চোম্না অঙাওবা মান্না চংঙকই, তোম্বনা মুন্না য়েংই, ইবোতোম্বী চৌকিদা ফম্মী ফুক হৌগৎলগা Reck তগী লাইরিকশিংদগী file অমা পুথোরকই, file দগী Certificate লৌথোক্লগা শেগায়রগা লংথোকই। তোম্বনা ঙক্লা চেশিংদু খুনগৎলগা য়েংই।)

তোম্বা :- (ঙক্লা) তামোতোম্বী। করিনো শেগায়রিসিবো? Certificate নত্রো ?

ইবোতোম্বী :- (তোম্বদা মুন্না য়েংঙগা ) উম মান্নি।

তোম্বা :- কৈদৌবে শেগায়রিবা ? তামোতোম্বীবু ঙাওরবরা ?

ইবোতোম্বী :- No ঐ ঙাওদে । Certificate না মীবু লাইরিক হৈহনবা য়াবরা ? (চেজেত্তু পাযখৎলগা) I need not such useless piece of papers, I need a brain to think and two hands to turn all my thinkings into action. (চৌকিব্দা ফম্মী)

তোম্বা :- তামোতোম্বীগী ব্রাখলদু লাল্লে।

ইবোতোম্বী :- Why ? নং Certificate পাম্বরা ? Then I can give you thousands of certificates. লাইরিক তম্মুরনু তোকও। করিগী লাইবিক তম্মীবনো? বুদু , you are a fool .

তোম্বা :- (নুংঙাইতনা) মসি পুন্নমক অসে তামোয়াইমা নঙননিকো।

ইবোতোম্বী :- (তোম্বদা শাওনা য়েংঙগা হৌগৎলি) কনাগী তামোয়াইমনো ? নঙনা হায়রিবদু কনাগী তামোয়াইমনো ?

(আশা থোরকই)

মঙ হন্দকমুক্তি হায়রে, মাগী মমিংদু ঐগী মাংদা অনিরক

শুনা পনবা য়ারোই।

আশা :- ইবোতোম্বী নঙনা তৌরিবসিবু করিনো ? নঙনা অদুম হায়না তৌরগা ইঁতেমনা নুংঙাইগনি খনবরা ?

ইবোতোম্বী :- ইঁতৈমা, ঐ খংই, ঐগী ইমা লৈরম্লবসু ইঁতৈমনা ঐখোয়গীদমক হোৎনরিবা অসুম হায়না হোৎনবীরম্মোই। ইমা ইপা লৈজদ্রবা ঐখোয়বু ইঁতৈমা অমদি তামোচৌনা মমা মপাগী নুংশিবা পীবীদুনা য়োকপিরকপনি।

আশা :- অদুম্না হায়গনু ঐ তাবা ঙমদে। ঐনা নখোয়গীদমক করি তৌখিদুনা নঙনা মদু হায়রিবনো ? (কপ্লা) ইঁতৈমদি লাইরবীনি ব্রাখলদমক ব্রাংজবী, খুৎ থোকপদি ঙমজদবীনি। নঙনা ঙসি নিঙবা কাইরিবসি ইঁতৈমনা পাঙ্গল লৈরম্বা থোক্লবদবু ..... (মখোল থোক্লা কপ্লী)

ইবোতোম্বী :- ইঁতৈমা কপকনু।

আশা :- (কপ্লা) ইবোতোম্বী, ইঁতৈমা খাঙবা ঙমদরে। লাইরিক তম্বা লোয়গদবা থা ৬ তা ঙায়রবদা পৈশা থাবা ঙমদদুনা লাইরিক তম্বা তোকহল্লবনিকো খল্লুবদা ইঁতৈমা খাঙবা ঙমদরে।

ইবোতোম্বী :- মনাওগীদমক্তা পৈশা থানবা হোৎনবদা স্কুলগী পৈশা শোক্লুবদগী তামোচৌসু ওজা ওইবা তেক্লবা, পুম্নমকসিবু য়েংদুনা লৈথোকপা ঙম্লিবা তামোয়াইমা নঙগী থম্মোয়না অদুক কনবকো।

তোম্বা :- (শাওনা) কানাগী তামোয়াইমা ? তামোয়াইমদি শিখিবা কুইরেনা। ইকাই ইকি ব্রাংমা লান্না "তামোয়াইমা" তামোতোম্বীগী থোরক্লবা পৈশা লৈত্রে লুপা ২০০/- খক্তা পীয়ু হায়রুববু হীংচাবীদুনা য়ুম শানবা চেক লৈগদৌরি পীবা য়াদে হায়দুনা পীরক্তবা, উপায় লৈত্রদুনা ইঁতৈমনা

মাগী লৈজবা ফনেক অমখক্তংদু য়োম্থোক্লুনা তামোতোম্বীবু থোরক্লবা থাখিবা শেল, - তামোচৌনা উপায়দি লৈত তামোতোম্বীবু থোরক্লো হায়দুনা মখুৎ থক থক নীক্লুনা ইখিবা চিঠি ....

ইবোতোম্বী :- (শাওনা) তামোয়াইমা অদুক কনবা নঙগী থম্মোই।

ইবোহল :- (মনুংদগী) কনা কনা লৈ অমুক্তা থোরকউ হায়। (আশা চেম্থোকখি, তোম্বনা চায়রিবা Certificate মচেৎশিংদু তাপ তাপ পায়দুনা খুনগৎলি, ইবোতোম্বী থোকখি )

আশা :- (মনুংদা) ইবোয়াইমা, ইতৈমগী ইবুংঙো। (ইবোহলগা ইবোতোম্বীগনা ইবোয়াইমা কোল্লগা চংঙকই, আশানা ময়োম অমা পায়রগা চংঙকই। আশানা মাং থাদুনা হান্নগী ইবোয়াইমগী কাদা পুশিনখি, লোয়নমক চংখি। ঙায়হাক লৈরগা ইবোহল থোরকই, চৌকিদা ফম্মী, আশা থোরকই )

যুমদা পুথবীরকইসিবু ডাক্তরনা করিসু থোইদোকপা তৌররোই হায়বরা ?

ইবোহল :- ডাক্তরনদি পুথখিনু হায়বনি, ঐ নমদুনা পুথবকইবনি।

আশা :- করি ৱানোনে তাকপিরিবদুবো ?

ইবোহল :- অনাববু সুম হুন্দোক্লুনা থম্বা য়াবরা নঙনা হায়রিসিবু ? অনাবগী মনাক্তা কানাসু লৈবিদে, মখোয়না থওহবীদ্রবসু ঐগীদি ইনাওনিনে মহাকসে।

আশা :- অদুনবু ঐখোয় ময়ামগী মরক্তগী কনানো অমা লৈরুবা তারে। অনাবা ফত্রিঙৈদা পুথবীরকইসিবু মোইতামোবু ঙাওরবরা ?

ইবোহল :- নঙনদি মদু হায়রি, ইনাওগীদমক্তি ঐনা লৈরুগে, সোমদনা ময়ামগী চাকখাও হাংগদৌরি। নঙনা

লৈরুরো সোমদনা পুমহো হোগদৌরি। ইবোতোম্বী, তোম্বদা হায়রুবদা য়ারক্কনি নিঙবরনে নঙবো ?

(তোম্বা থোরকই)

ঐনা শাওনিংইবদি মখোয়রোমগী মীশিংদুনি, পাউ অমত্তং পীবীরকফম থোকপদা পীবীরক্তবসিনি।

আশা :- খুদোংচাদদনা মতৌরমগনি, তোকপীরো মখা তাবীরনু।

ইবোহল :- মখোয়না চংঙকপা হঙ্গোইরবসু অঙাং অমত্তং থারক্লগা পাউ হায়হল্লবা ফাওবদি য়াইদনা।

আশা :- ঙরাংদা Swasti Puja শোনখিবদা মঙায়রি। থাদোকপা য়াদদনা মতৌরিবনি।

তোম্বা :- থাদোকপা য়াদবা হায়ববু করিনোনে ? শিরবদি কমদৌনি ? শিরবসু চাজেনবীনা লুই হায়দুনা হুন্দোক্তুনা কানামত্তদা পাউ পীদনা থম্বা তারেনে ?

আশা :- ফরে, হৌজিক্তি হৌখ্রে, নথৌ নথৌ তৌরুরো।

(ইবোহল চংখি)

তোম্বা :- মখোয় মমা মচাসে হীংচাবীনা ওল্লকপনে । মব্রা মপুরোইবা ফাওবা চাবা ঙম্বজাৎনি।

(ইবোতোম্বী থোরকই, চৌকিদা ফম্মী, তেবলদা লৈরিবা চে - লাইরিক, কলম পায়খৎলগা করিনো ই।)

আশা :- মসিগী অঙাংসিমা ঙাংখ্রেদা, মদুবু হায়বা হৌনব্রা ?

তোম্বা :- নুংশিদে শক্তাশিংদো। ঐখোয় তামোয়াইমা লাকঅবনিনা মখোয় অমুক লাকঅদৌ ওইরিনি। মখোয়না হেক লাকপদা ঐনা করি তৌগে য়েংঙু। (থোকখি)

আশা :- ওঙ্খোকপা অঙাংনিদকো

(ইবোয়াইমগী কাদা চংখি, থাবল্লে চংঙকই)

থাবল্লৈ :- (কোয়য়েং য়েংঙগা ইবোতোম্বীদা) ইবুংঙো ৱা অমত্তা হংগে।

ইবোতোম্বী :- (মমিত্তি য়েংদনা ইনা ইনা) just a minute, just a minute (ইদুনা লৈ)

থাবল্লৈ :- (ঙায়হাক লৈরগা শাওনা) হে অঙাং, ঐনা লেপ্পীবসি নমিত্তু উদ্রা ? মী লাকঅগা উশিন্নদ্রিবা করিগীনো ? হানহে ?

ইবোতোম্বী :- (মুন্না য়েংঙগা শাওনা) Who are you ? Who are you ? নঙ কনানো ? Why do you disturb me ? Get out.

থাবল্লৈ :- নরোল খংদে অঙাং। নখোয় অনাবা পুবরা ?

ইবোতোম্বী :- (শাওনা, লাওনা) Get out.

থাবল্লৈ :- (খঙনা) লাওগনুহে। করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা লাওরিববো ? শেংনা হায়য়ু নখোয় অনাবা পুবরা ?

ইবোতোম্বী :- অনাবা লৈতে চৎলো, নয়ুম য়ৌরগা হীদাক কাপ্পু। Doctor দা consult তৌ। I am not a doctor, I am a scientist. You see what I am doing here. Now don't disturb me again.

থাবল্লৈ :- করিনো নঙনা ঙাংজাশারিদুবো। ঐনা হায়বদি হীদাক কাপকে হায়বা নত্তে। ডাক্তরদা নাদুনা লৈবা অনাবদু নখোয়না হুরানদুনা পুবরা হায়বনি।

ইবোতোম্বী :- What are you talking about ? You damn old woman

(আশা থোরকই)

আশা :- ইবোতোম্বী করিনো নঙনা তৌরিবদুবো ? (থাবল্লৈদা) ইমা ৱারৌবীনু অঙাংসিনা ইমাবু শক খংদদনা তৌরিবনি। অমুক্তা লেংশিনবীয়ু।

থাবল্লৈ :- ফমদ্রবসু য়ারে।

আশা :- মোই অমোনা মথন্তা লৈরম্বদুদা নুংঙাইত্রে হায়দুনা পুদুনা লাকএ।

থাবল্লৈ :- ইবেম্মা, ঐ লৈ লৈতেদুদা খংগে হায়দুনা লাকপনি। লৈ খংলবনিনা হনগ্রগে।

(চংখিগে তৌই)

আশা :- অমুক্তা ঙায়বীখোও। মোইতামোনসু ব্রা অমনিদং হায়নিংমাল্লে। অমুক্তা কৌথোকচরকখিগে

(আশা চংখি )

থাবল্লৈ :- (ইবোতোম্বীদা) হে অঙাং নঙনা ঐঙোন্দা ঙাংখ্রিবশিংদো অর্থ খংদ্রবসু করি হায়রিবনো হায়বদুদি ঐ খংঙি। নঙ ঙসিদি হায়খ্রে, মতুংদা অমুক হন্না হায়রক্লবদি নকোইদো ফোইদংপা ঙস্বা নুপীনি হায়বসি খংঙু।

ইবোতোম্বী :- (মুন্না য়েংঙগা) ঐঙোন্দা ঙায়হাক লৈতনা disturb তৌরিবা নঙ কনানো? নংনা ঐঙোন্দা ঙৈহাক লৈতনা disturb তৌরিবসি করিগীনো?

থাবল্লৈ :- ঐ ইবোয়াইমগী মনেমবোক্লি খঙঙবরা? ঐগী ইয়া ইবোয়াইমসে নখোয়না হুরান্দুনা পুথ্রিবা, খংঙববা?

ইবোতোম্বী :- (শাওনা) you liar(হৌগৎলি)

থাবল্লৈ :- নঙনা কৈদৌদোরিবা? লাওনে।

(ইবোহল আশা থোরকই)

ইবোহল :- এ এ করিনো ইনেনা তৌবিরিসিবো?

থাবল্লৈ :- অঙাং মানসু ঐঙোন্দা মমিৎ মনাগা লংখৎলদনা ধমকাগা তৌবা শারদনা।

আশা :- (ইবোতোম্বীগী মশা পায়রগা) করিনো, অহলগা মান্নবা হৌনদে। ফম্মোসে।

(ইবোতোম্বী চংশিন্দুনা চৌকিদা ফম্মী)

ইবোহল :- ইনে ব্রারৌবিনু, ইনেখোয়গী মীগা ব্রাৎপগা, য়ুমদুসু

ইনেনা থাদোকপা য়াদবা মদু পুম্নমক্তু খঞ্জদুনা ইনাওবু যুমদা পুজবকপনি, তাক্লমদবগীদি ঐনা লাল্লে।

আশা :- য়ারবদি ইনাওনুপীদুসু যুমসিদা মতম খরা নাবা ফবা ফাওবদং লৈরনবা ঐনা লৌজরগে। মসিমত্তংদি ইমাসু য়াবীয়ু।

থাবল্লৈ :- (খল্লগা) ঐ নুপীমচাদা অমুক্তং হংখিগে। অ্য ইবোয়াইমদু অমুক্তংদি উন্নখিগে।

ইবোহল :- লেংশিনবীয়ু।

(থাবল্লৈ ইমুংদা চংঙুই, অমুক থোরকই)

থাবল্লৈ :- কন্না তুমথবা মতাং থোকউরমাল্লে, পোথাজরসনু। ঐ নোংমা লাকঅগে, য়ৌরে, য়ৌরে। (থোকখি)

ইবোতোম্বী :- (করিনোমা ইরম্বদগী খংহৌদনা হবাওনা) I got it, I got it. তামোচৌ, ফল তারে, ফল তাবে।

(ময়াম্বদা য়েংঙগা শকফম হঞ্জিন্না)

তামোচৌ।

ইবোহল :- ইবোতোম্বী (মপি তৈথোকই) ইয়াম্ববু করি ওইবসিগে। (কপ্পী)

ইবোতোম্বী :- তামোচৌ কবিগী কপ্পীবনো ? ননাওনা করি লানখিবা য়াওরবগে ?

ইবোহল :- (কপ্পা) লান্দে, ইনাও করিমত্তা লান্দে। লাল্লিবদি মনাওগী নীংবা থুংহনবা ঙমদ্রবা ময়াম্বা ঐনি।

(আশা কপ্পা চেনশিনখি)

ইবোতোম্বী :- নত্তে, ননাওগী নীংবা থুংদবা করিমত্তা লৈতে, I have been dreaming of becoming a great scientist. And now my dream has become a reality. Is there anything to worry about ? তামোচৌ।

# অনিশুবা তাঙ্কক

## অরোইবা উৎপা

মফম :- হান্নগী অদুমক

লতা মোবা অমদা ফম্মগা খবর পাদুনা লৈ। তোম্বা থোরকই, লতাদা মুন্না য়েংই। চৌকি মমায় লৈশিল্লগা লতাদা ওনশিন্দুনা ফম্মগা মুন্না য়েংই। লতানা তোম্বদা ফল্লপ ফল্লপ য়েংই।

লতা :- (শাওনা খবর থম্মগা) নঙনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলিবসি করিগীনো ? করিগীনো ?

তোম্বা :- য়েংনিংদনা য়েংঙিবনি।

লতা :- মীবু অদুম হায়না হেক্তা য়েংবা য়াবরা ?

(তোম্বা হৌগৎলি, চৌকি মফম চানা থম্মী)

তোম্বা :- খৎনবা হৌরক্কনুকো, তৌগদবা নথৌদুম তৌ, খৎনবা হৌবক্কনু।

লতা :- শকমক্লা খরা ফজরবদি কৈ, শক্তামক্লা থীবনে করি চাগেনা য়েংজশারিনো ?

(চংখিগে তৌই)

তোম্বা :- করিগীনো ইতৈমায়াইমনা ঐঙোন্দা গরম হৌবীরকইসিবো ? ঐনা ইতৈমায়াইমাদা করি লানথ্রবগে ? ঐঙোন্দা করি নুংঙাইতবা লৈ ?

লতা :- হায়, ঐ নখোয়গুম্বা Third class কী মীনাইমচাশিংগা ওনশিন্নদুনা ব্রা ঙাংনবা পামদে খংঙবরা ?

(আশা থোরকই)

আশা :- ইনাও, ইনাওনুপাদা অদুগুম্বা খোন্দুদি শিজিন্নবীগনু।

লতা :- মনাওনুপা শোকই হায়দুনা শাওবোইনা।

আশা :- মীনাইনা কনানো, মীনাই নত্তবনা কনানো ? মসি ইনাওনি, নঙগীসু ননাওনি, খোন হায়বসি য়াম্না লুবনি। খোন্দা মী কায়নবনি, খোন্দা মী চান্নবনি।

লতা :- য়াম্না খংবীরিজাৎনিনা সিদি।

আশা :- মীওইবগী খাঙবা ঙম্বগী পংখে অমদি লৈবনি, মদু খঙনা ব্রা ঙাংঙু। ঙসি ফাওবদা নখোয়না ঐঙোন্দা হায়নীংবা কয়া হায়বদুদি ঐহাক খাঙদুনা লৈথোকপা ঙম্মী, অদুবু মরাল লৈজদবা অপঙবা ইনাওদা মীনাই হায়বা ব্রাহে শিজিন্নবদুদি পাঙ্গল শোঞ্জরবসু মতৈমা ঐ লৈরি হায়বসিমদি কাউবীগনু। পীক্রবা উচেক ব্রায়াদা ফাওবা মচা শোক্রবদি শিবা কীদবনি খংঙু।

তোম্বা :- ইতৈমা।

আশা :- তোম্বা, ইতৈমসু খাঙগে হায়দুনা খাংবনি, খাঙবা ঙমদরে, খাঙবগী পাঙ্গল লোইখরে।

লতা :- থবক শুনিংদবা, নীদুনা চাবা মীনাইশিংসিগা ওনশিন্নবা ইকাইজে -

(ইবোয়াইমা চংঙকই)

ইবোয়াইমা :- (শাওনা) কনানা কনাদগী নিরিবা ? কনানা কনাগী

মীনায় ? কনানা মপু ? লতা, ইমাদগীসু হেল্লবী ইতৈমদা মীনাই হায়দুনা চৈবা ওল্লিবী নঙবু ঐগী নুপীনিকো ? চৎলো, নঙ যুমসিদগী চৎখ্রো চৎলো।

আশা :- ইবোয়াইমা, নঙগী খাখলদু লাক্লে।

ইবোয়াইমা :- ইতৈমা, ঐ মীনি শামখক্তি নত্তে। খাখল খনবা ওম্বগী পাঙ্গলসু ঈশ্বরনা ননাওগীসু পীবীরম্মী। অচুম্বনা কনানো, ঐ খংদবা নত্তে, ঐনা পংশিন্নগে হায়দুনা পংশিন্নরম্বনি। অদুবু ওসিদি য়াদ্রে।(লতাদা) হায় নঙ চৎলো।

লতা :- চৎলোই, চৎলু হায়রগা হেক্তা চৎকদ্রা ?

ইবোয়াইমা :- করি ? চৎলোয় ? ঐবু শাওহনগনু , নিংথীনা ফজনা হায়রিঙৈদা চৎখ্রো ?

লতা :- কৈদৌবে চত্তোইনো ? ঐগী ইরাল করিনো?

ইবোয়াইমা :- নঙগী নরাল ? নঙগী নরাল হায়ববু নঙ শাগী পুকচেল চেনবী নুপীনি। নঙগুম্বা নুপী কয়া লৈবদগী নুংশিননা তিন্নজবা মচিন মনাও কয়া য়েক্লবা ওইহন্দুনা ওসিগী মৈত্রবাক্কী ইমুং কয়া মহি লাংবা ইমুং ওইহল্লে। নঙ মতৈমনি, ইনাওশিংগী মমাগুম্বনি। মমা অমগী পুকচেলবু মদুরা ? মচাবু মীনাই ওইনা খনবা ওম্বা মমানি নঙ। অনাবগী মহিক্তগী হেল্লবনি নঙ। তুংদা লাক্কদবা মচিন মনাও কয়াগী নুংশিনবা কয়াদা হু-ওইরগদবা নঙগুম্বা অমা হাত্তুনা মচিন মনাওগী নুংশিনবা কলহৌবনা ফৈ।

(ইবোয়াইমনা কোয়য়েং য়েংঙগা চৌকি থাঙ্গৎলি, আশানা চেনশিন্দুনা লতাবু মতুংদা থম্মী তোম্বনা চৌকি ফায়)

আশা :- ইবোয়াইমা, করিনো নঙনা ওসি তৌরিবসে ?

ইবোয়াইমা :- ইতৈমা হান্দোকপিয়ু, ঐ খল্লু খল্লুরগা খাংফম খংদরে। মাবু হাংত্রিমখে ঐ ইংঙরোই।

আশা :- ইবোয়াইমা, নঙনা মাবু হাংকে হায়রবসু ইতৈমবু হান্না হাংলু।

ইবোয়াইমা :- ইতৈমা হন্দোকপিয়ু পোকপদগী পীশক পীক্লা ইমা ইপা কায়নরক্লবা (কল্পী) ইতৈমগা তামোচৌগনা ইমা ইপা শক্তুনা য়োকপিরক্লবা ঐবু ঙসিদি মানা তৌবীমল খংদবা শা ওইহল্লে। (চৌকি থাঙ্গৎলি) ইতৈমা মাবু থাদোকপিয়ু। (চংশিল্লি)

(ইবোহল চংঙকই)

ইবোহল :- (ফিংনা) করিনো ইবোয়াইমা, নঙনা তৌরিবসে ?

(ইবোয়াইমা চৌকি থাদে)

আশা :- লোইবে ইমুংসে, মানা মী মখে তান্না তান্নদুনা হাংকদৌরে।

ইবোহল :- করিনো নঙনা তৌরিবসে ? নঙবু ব্রাখল খনবা ঙমদবা মীরা ?

ইবোয়াইমা :- (লতাদা মখুৎ থীল্লগা) তামোচৌ মসিগী নুপীসে মহু পুবা লিন্দুনি।

ইবোহল :- মদুদা নঙনা শাওফম থোক্তে।

ইবোয়াইমা :- তামোচৌ অরানবা তৌবা মীবু অরানবা তৌই খংনা খংনা অদুম য়োকখৎকদরা ?

ইবোহল :- লানবা লান্দবদি নঙনা বীচার তৌগদবা নত্তে, মদুদি ঈশরগীনি। মীবু হেক্তা লাল্লি করম্না হায়গদৌরিবনো ? নঙগী মরাল য়াওদে হায়নসু খনগনু।

ইবোয়াইমা :- পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নথোকপা তারবদি বীচার লোয়শং লীংঙুবগী কান্নবদি করিনো ? তামোচৌসু হায়বিয়ু, ইমুং অসিদা মচিন মনাওগী নুংশিনবা, ইমুং কায়নবা শিল্লিবা

মীশক্তু কনানো ?

ইবোহল :- মদু নঙনা নঙগী নীংবা থুংদবা কয়াবু পেন্দবদগী থোবকপা ৱাহংনি। ইমুংসিদা খ্বাইদগী লাল্লিবা মীশক্তুদি ঐনি।

ইবোযাইমা :- তামোচৌ ।

ইবোহল :- ঐ নখোয মযামগী মযাম্বনি ইমুংসিগী অহন্নি।

ইবোযাইমা :- তামোচৌ মখোযগী মমা মচাসিনা ঐঙোন্দা হু কামশিন্দুনা ঐবু পংথহনখিবনি। ঙসি ইবোতোম্বীনা নীংবা কায়দুনা মতম লেল্লিবা কনাগী মবালনো ? ঐগীনি, ঐনা কাযহনবনি।

ইবোহল :- কনানো লাল্লিববো ? কনানা চুম্বনো ? ইযাম্বা ৱা হায়গে তাও। নঙনা ইনাওনি, অদুম ওইনমক নঙ ঐগী ইখাদা মতম পুম্নমক্কী ওইনা লৈবদি যাবোই। মতম অমগী ঈ মবী, মতম অমগী ইনাও , মতম অমদা লমলানবা ওইবক্কনি। মচা মশু যাম্মকপগা লোযননা কনানা কনানো কাউনবক্কনি। উচেক ৱাযা ফাওবা মশানা মচিঞ্জাক খুঞ্জবা ঙল্লক্লবা মতমদা মহুম তোঙান তোঙান শানখিবদুনি। নঙনা ঙসি লমলানবনি খল্লিবা মহাক অসিনা মতম অমদা নঙগা তংন থান যাদ্রবা মীশক অমা ওইবক্কনি। ঙসিগী নঙগী নযাম্বা ওইবিবা ঐ নঙগী তুংগী কানাসু নত্তেনহে ইবোযাইমা।

ইবোযাইমা :- তামোচৌ, ঐখোয তাইবংমীনি, কাংলুপ তাবা জীবনি। অমনা অমগী মখা পোন্না হীংনবা মীওইবনি। পুন্সিসিদা নুংশিনবা যাওদনা ঐখোযনা কবম্না হীংগদৌবিবনো? মমা মপানা মচাবু নুংশিবিদ্রবদা কবম্বা মচানা মিংকুপ অমা ফানা হিংবা ঙমগদৌবিবনো ? ইমানা শিবমদাযদা শিন্নবম্বা অদুগা ঙসিনা ননাওনা ইমাগী যাথং ঙাকপগী

মহুত্তা - তামোচৌ, (কপ্পা) তামোচৌ, ঐবু মীরা ? মী ওইরিবরা ?

ইবোহল :- (ইবোয়াইমদা মরেংজুমদা পায়রগা) করিগী কপ্প্রি ? ইমাগী য়াথং ঙাক্লবা হৌজিকসু মতম লৈরি।

লতা :- ঐনা খনবা ঙাক্তনা চুম্মী খল্লুরবা, হীংমিন্নবগী অর্থ খংলুদ্রবা ঐহাকপু জ্ঞান তাদবী নুপীনি খন্দুনা অমুক্তংদি ঙাকপিয়ু।

ইবোয়াইমা :- নঙবু ঙাকপিবা ! নঙনা ঐঙোন্দা ঙাকপিয়ু হায়জগদবা নত্তে। নঙবু ঙাকপিগদবদি নমাংদা লেপ্লীবী ঐখোয়গীদি ইমা শক্লবী ইতৈমসিননি। হায়জৌ, মখোঙ পায়দুনা হায়জৌ।

লতা :- (আশাদা) ইচে, ননাওবু অমুক্তদি ঙাকপিযু।

(খুরমগে তৌই, আশা কোনখৎপিবগা )

আশা :- নত্তে, নত্তে, লাল্লিবদি নঙ নত্তে, ঐনি , নঙনা ঐবু ঙাকপিগদবনি।

(ইবোতোম্বী চংঙকই, কোয়য়েং য়েংই)

ইবোতোম্বী :- Why tears ? Tears in everybody's eyes, why ?

ইবোয়াইমা :- ইবোতোম্বী, (মনাওবু কোনশিল্লি) ইযাম্বনা নফমদা য়াম্না লানখ্রেনহে।

ইবোহল :- (মপি-তৈথোক্লগা) ইনাওশা, ঙসিদি ঐ হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। নখোয় ময়াম্না নহালমখৈ খংঙমদবা ব্রাফম অমা ঙসিদি নখোযদা খংহল্লগে। নৌনা যুম পাঞ্জরকপদা ঙায়রিবী নতৈমদা ইমানা পীক্লিবা তোম্ববু মতম্বাক্তা শিন্নরগা-

(নুপীগী খোঞ্জেলদা) " ইনেমগী ইবেম্মা, অঙাংসি মমা লৈতে খংহনগনুকো।"

ইবোহল :- নতৈমসিনা মমিত্তা মচা উরক্লগা নখোয়বু মীরাইরক্লনি খনবদগী নখোয় ময়ামগীদমক মশাগী ওইজবা কয়া থাদোরক্লবী নতৈমনি।

আশা :- করিগীনো মোইতামোনা ঐবু অদুক ৱাংনা থাঙ্গৎপিরিদুবো ? ঐদি ইনাওশিংগীদমক করিসু তৌখিদ্রি । মখোয় ময়াম্না ঐবু মতৈমনি হায়না নুংশিবীখিবা অদুমক্তনা ঐনসু মখোয়বু নুংশিবা ঙমজখিবনি ।

তোম্বা :- \
ইবোয়াইমা :- — ইঁতৈমা \
ইবোতোম্বী :- /

তোম্বা :- (কপ্না) ইঁতৈমা নঙ ঐগীদি ইঁতৈমা নত্তে, ইমানি (চংশিল্লগা মখোং খুরুকুদক কুম্থবগা) নঙ ঐগীদি ইমানি ।

আশা :- (কপ্না নোক্লগা তোম্ববু কোনশিল্লি) মান্নি, ঐ নঙগী নমানি, ঐ মমানি ।

Back groundদগী ঈশৈ :-

পারি চাওদা অপিখক
হুম হায়ন নাওথেমগে
ঐগী ফৈরা তাজিনথক
খোমলেন তুমখুন তাল্লো ।
থম্মোইনা ৱারৌ পুরৌনা
নঙনা অসুম্না কপ্লগা
ঐনা করম খাঙগনি
ঐগী পুন্সিনা লোমদ্রিঙৈ
নঙনা ঐগী থৱাইনি ।

ঈশৈ শক্লা শক্লা পর্দা চীংশিনখি ।

(লোয়রবা)

ঐ মমানি

## অইবগী ফোংখ্রবা ড্রামাশিং ঃ-

১।  বর ইন্টরভিউ
২।  ইচাশা ইপা লম্বোইরগে
৩।  কবিনুংগী নুপী লোঞ্জকব্বা
৪।  হিংমিন্নবৈ  মহুৎ শিমিন্নবা
৫।  ঐ মমানি